ꯉꯁꯤꯗꯤ ꯑꯁꯦꯡꯕ ꯍꯥꯌꯗꯣꯛꯂꯒꯦ

# ঙসীদি অশেংবা হায়দোক্লগে

যোদ্ধ ছী সনসম

যোবিওন এন্তরপ্রাইজেস, ইম্ফাল
২০০৯

**NGASEEDI ASHENGBA HAIDOKLAGE**
*(A Collection of lyrical poems
by Iodha C Sanasam)
Published by Jobeon Enterprises RIMS Road Imphal
2009 courtesy to AIR Imphal*

**অহানবা ফোঙবা** ঃ ২০০৯ যোবিওন এন্তরপ্রাইজেস
বিমস রোদ, ইম্ফাল ৭৯৫ ০০৪


এম এম গ্যাস গোদাউন মনাক, সুপর মার্কেত মাযোক্লবা, লম্ফেলপাৎ
ইম্ফাল ৭৯৫ ০০৪ দা লৈবগীনি।

**মমল** ঃ লুপা ৯৫/-

**লাইবিক ফংফম ঃ**

যোবিওন ইমেজিং ক্লিনিক, বিসম রোদ, ইম্ফাল
অইবগী যূম, এম এম গ্যাস গোদাউন মনাক, লম্ফেলপাৎ
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাউনা বাজার, ইম্ফাল
বাজেশ বুক স্টোর, গবর্নর'স রোদ, ইম্ফাল

**অইবগী ফোঙখ্রবা লাইবিকশিং ঃ**

- **থাবলগী কুন্দো পরেং** (বারী মচা খোমজীনবা) ১৯৮০
- **অকনবা শাফূগী ইবৈ** (উপন্যাস) ১৯৮১
- **কোযমাঙ মাঙবা খোঞ্জেল ইন্থূল** (খোমজীনবা শৈরেংশিং) ২০০২
- **লৈচীল নোংফাই** (খোমজীনবা শৈরেংশিং) ২০০৪
- **ঐগী ঈদা** (খোমজীনবা শৈরেংশিং) ২০০৭

**মথঙ পুথোক্কদৌরবা লাইবিক ঃ**

- **মথৌ কনবা দি এন এ** (উপন্যাস)

---

নম্ফম ঃ লমযানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

ঐগী নুংশিজববী ঈচে অকোঈজম ওঙবী ভানু অমসুং ঈযাম্বা মেঘচন্দ্রগী মফমদা

# পূক্নীংগী ৱাফম খরা ফোঙদোকচবা

ডা যোদ্ধচন্দ্র সনসম্না লেংবা ঈশৈগী লাইবিক 'ঙসীদি অশেংবা হাযদোক্লগে' হাযবসি ঐ পাজবে আকাশবানী ইম্ফালদা শন্দোকখ্রবা মণিপুরী মতম ঈশৈগী ঈশৈ মযেক ঙাক্তনি। মমীং চংলবা কলাকাব কয়ানা শকখ্রবা তোযনা তানববা ঈশৈ কযামুক মসিদা যাওরি।

পূন্না ঈশৈ মযেক ১৫৫ যাওবা ঈশৈগী লাইবিক অমা নৌনা থোক্লনি খল্লুবদা ঐ যাম্না নুংঙাইজে, ঈশৈ মযেক্কী লাইবিক হাযবসিমক্তবু খবা তাঙই, ঈশৈদি রেডিওদা টেলিভিজন্দা, কেসেটতা কযা শক্লবে, ফোঙদোক্লবে, অদুবু লাইবিক ওইনা ফোঙদোকপদি মমীং লৈববা শৈরেংবশিং ফাওবা থোইনা থৌশানদে। রেডিওদা শকপদুদা অদুম পেম্লোকনৈ। অদুনা ঙসি মণিপুরী মতম ঈশৈ মযেক্কী মতাংদা সাহিত্যগী মীফম-সেমিনার, সিম্পোজিযম, ডিসকসন্নচিংবদা খন্ন-নৈনবা তোযনা থেংনদে, অতৈ লমগী লোনশিংদদি ঈশৈ মযেকপু লিরিকেল পোইমস, গীতি কাব্য হাযদুনা সাহিত্যগী অৱাংবা থাক্তা থম্নৈ। অচৌ অচৌবা মীফমশিংদা তোযনা খন্ন-নৈনৈ। ঐখোযগী সাহিত্যগী সমাজদদি মতম ঈশৈদি নহা নুবীগী থবক্তি খন্দুনা থোইনা শীংথানদবা ওইনা উই। তাবা ঙাক্লদি ঈশৈ মযেক্কী অফ-ফত্ত নৈনবা ওইথোক্তে, ঈশৈ মযেক অমদা, সাহিত্যগী ওইবা মচাক-মথুম যাওবিবশিংদু, ঙাইহাক তাহৌবনা কাচিন-কোযা যৌনা নৈনবা ঙম্লোই। অদুনা ঈশৈ মযেকশিং লাইবিক ওইনা ফোঙদোক্লুনা সাহিত্যগী মচাক অমা ওইনবা খন্ন-নৈনবা হাযবসিমক মতম্না পীবকপা থৌদাংনি খনবীদুনা ঈশৈ মযেক ইবদা মমীং লৈববশিংনা মখোয মখোযগী ঈশৈ মযেকশিং ফোঙদোকপিদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা অঙম্বা দান তৌবিগনি নীংজৈ। মদুগীসু মৰম অমনি যোদ্ধ ছী সনসমগী ঈশৈগী লাইবিক 'ঙসীদি অশেংবা হাযদোক্লগে' হাযবসি ফোঙদোকপদা ঐনা ঙমখৈ নৈতনা হবাওজবিবসু।

'ঙসীদি অশেংবা হাযদোক্লগে' হাযবা লাইবিক অসিদা যাওবিবসি তোঙান তোঙানবা হীবমশিংদা ইবা ঈশৈ মযেকশিংনি, নুংশি নুংওন, লৈবাক্লিংবা, মহৌশানা তেংথাবা, কাযনবা, লাইনীং লাইশোন। ঈশৈশিং অসিগী মনুংদা নুংশি-নুংওনগী

ঈশৈ মশীংনা যাম্না হেল্লি। মখোযশিংসিগী মবক্তা টাইতল সোং ওইবিবা 'ঙসীদি অশেংবা হাযদোক্লগে' হাযবসিদা অশেংবা নুংশিবগী মশক অমা মযেক শেংনা যেকপা থেংনৈ। অমগী অৱাবনা অমগী অৱাবা ওইহন্নিংদবদগী কপ্লবসু নোকশিন্নৈ, ৱাববসু নুংঙাইশিন্নৈ, মাগী মবমগীদমক তুমিন্না কপ্পনা পেঞ্জবা অশেংবা নুংশিবগী মতৌবু শৈবাংবনা ফোঙদোক্লি, হায়বি — 'নঙঙোন্দগী ঐনা হেন্না ইবাল লৈ/নুমিদাং খুদীং কপ্লিবনি ঐ/অসুম ওইবসনু ঐ হাযববোই/তুমিন্না কপ্পনা পেঞ্জববনি ঐ'। নুংশি শক্তম শৈথাবা "নঙবু কনানা শাবক্লিবনো" ঈশৈদা শৈবেংবগী ৱাখল কাচিন যৌই হায়নীংই, শৈথাবী অসুম্না — 'ঙৌববী হকচাংগী কুচুদুদা/পাবপনা ঙাঙলবী ফিজোলদুদা/ পীশুমগী মখাদনা মম্থা মচু/কয়াদা শুমহৎলি ঐবু নঙনা/পামজবা খিবিক্লা পুম্লবীনি/পুক্নিগী নুংশিবী ওইখ্রবীনি।' পুক্নিদা নীংবা কায়ববা কনাগুম্বগী তেংথাখোলনি - 'থাউমৈনি ঐনা চুখৎচকবা' হাযবা শৈবোলসি মসিদা হাযবি — 'থাউমৈনি ঐনা চুখৎচকবা/চাকখবে ঐগী লৈজবা পুম্বা/লৈতবে কনা ঐগীনি হাযবা/হুবু ঐঙোন্দা পীথক্লোগবা।' নুংশি কাযনা পিবাংলক্তা চেম্থবকপা থম্মোয নুংহিক্লবা শৈবোলনি। 'ঐ হিংলুবগী কবিবু কান্নৈ'দা শৈথাবি 'চন্দ্রমুখিনা সূর্যমুখি ওনখ্রবদা/থম্মোযবু ঈংহনবা চন্দ্রমুখিনা/থম্মোযবু চাকথেকপা সূর্যমুখি ওনখ্রবদা।' ফজবা ৱাহৈ লোঞ্জন্না উফম চন্নবা ঈশৈনি। 'নঙনা ঐবু নুংশি হাযববনিনা' হাযবা ঈশৈসি যাম্না নুংঙাইবা, লাইটব ভেন্দা ইবা মযেকনি, ফাগী জুগাইবোমদসু পুবা ঈশৈ শৈবোলদা হাযবি — 'অতিযা মকোযদা ঙাল্লিবা থাজবু/খুদোল ওইনা পীগেবু হাযববসু/থৱানমিচাক চবুন চবুনবু হেক্তুনা/মুক্তা পবেং শাবিগেবু হাযববসু/ৱাবৌবা অমত্তা লৈববোই ঐঙোন্দা/ঐদি নঙনা হাযবি'মখৈ যাজবে।' তবাই তবাইনা ফাগী জুগাইবোমদা পুথোকপা ঈশৈ অমনা 'মসিগী নুপীসে মগুণ লৈবনে' হাযবসিনি, তযাং তযাং ইবা, তাবদা নুংঙাইবা শৈবোলনি অসুম্না শৈথাই — 'মসিগী নুপীসে মগুণ লৈবনে/মাগী মীৎযেং নাকযেং বাশী লৈবনে/ঐগী নুংশিবীনে মশক অসে ফজবনে' মখা শমথবকপদা — 'মানা গপ-গপ শোবোক চৎপদা /মানা মীৎচিনা মোমোন নোকশিল্লুবা/চহী লেঙ্গা মযাম শিনবা ঙাক্তনি/যেংবদা পেনবনে ঐগী নুংশিবীনে।'

নুংশি নুংওন শৈবেংগী মবক্তা যাওবি থম্মোয নুংহীক্লবা সুবদা 'ঈমানা ঙাইবি থোঙ্গালদা লেপ্লুনা', হাযবা শৈবেং অমা। কুইনা কাযনখ্রবা মচাগীদমক তেংথাবি, মমানা হাযবি — 'কবম্না লেপ্লিবা নঙনা উমংদা/অহীংদা তীল কাঙ খাঙবা ঙম্ববা/ কবম্না তুম্লিবা ঈমানা ৱাজৈ/লমহাং-তুহাংদা তুমশীৎ ফাববা?' 'হাদা ঈতা শিবোই

লিলী' থোইদোক্লা কাযনা মৈশা পুবা শৈবোলনি। মঙলান্দা শিবোই লিলীনা শিবোই চীং থাদোক্লনি হাযবম্বদা কনাগুম্বী মতাবোইনা হাযবকই তেংথা নাওই শৈবোলদা — 'নঙগী হৌবকফম শিবোই নাপোম/থাদোক্লীংলিবা কবিগীনো/নোংদোলথক্কী লৈচিল মপৈনা/নঙবুতা যেংনা লৈজবম্বা/কনাবু যেংদুনা লৈহৌগনি।' খুৎশেম্না মহৌশাবু তেমশিংনবকপদা তেংথা-নাওইবিবী লাঙ্গোল লাইবেম্বী উরুবদা শৈবেংবনা ঐখোযদা পাউদম্লি — 'লাঙ্গোল লাইবেম্বী কপ্লমাল্লে/খুৎশেম্না খুদুম চনখ্রমাল্লে/ মহৌশানা চীক্লা লৈবম্বীদো/অবাঙবা মখোলনা নিনখ্রমাল্লে'। অসুম্না কোম্বীবৈগী অৱাবদসু কবিনা শকক য়াবি — 'শক্লি ঙসি থম্মোয শোক্লা' হাযবা ঈশৈদা। লাইবিকসিদা লাইশোন ঈশৈসু মবক মবক্তা অদুম থেংনৈ। হাযবি, 'বত্নাকববু ননাই ওইহনবগুম/ঐহাকপুসু ননাই ওইহনবিযু হাযনা 'ননাই থৱায ঈংজবে' হায়বা শৈবোলদা।

শৈথাবিবসু কযানি হাযনীংবসু কযানি, শাংমনখিগদ্রা খঞ্জবদগী তেনশিঞ্জবে। অদুবু মিং ফাওবা পল্লমদ্রবদি থম্মোয়দা চৈনা লৈহৌবা তাবে খঞ্জদুনা পঞ্জবি পননীংঙাই ওইবা শৈবোলশিং 'নুংশিববী ঈমা' 'থৌববা কল্লবা মচাশিং' 'পীগে হাযবি পুক্কে থন্না'।

শৈবেংবা যোদ্ধ ছী সনসমগী মীৎযেং কুপ্লি, হীবম অমদা মাযওন কযাদা যেংবা ঙম্মী। ফোংদোক্লিবা ৱাফম ময়েক শেংই চম্মম্নহন্দে। ৱাহৈ লোঞ্জল ফজে, শৈবোলশিং পাকৃবদা হেন্না পানীংহল্লি। মবক মবক্তা থাজ থাজকদবা ৱাহৈ হাপ্তুনা মীগী পুক্লিং চীংশিল্লি।

লাইবিক ইবা, ঈশৈ শকপা পোকপদগী পীথোবকপা গুণ চেন্দ্রবদি ওইবা খক যাদে কবিত্ব শক্তি মীপুম খুদিংদা পীথোবকপা নত্তে থৌজানবীববা মহাক্তুদতা ঈশ্ববনা পীনৈ। অসুম্না অনা-লাইযেংঙনা শিনফম ওইববা ডা যোদ্ধ ছী সনসম ইবগী গুণ মতীক চানা লৈবা অইবনি। মহাক্লা ইবা উপন্যাস অমদি শৈবেংগী লাইবিক্লচিংবা মমাঙদা ঐখোয থেংনখ্রে। ঙসিসু থোবক্লি মহাক্কী ঈশৈগী লাইবিক 'ঙসীদি অশেংবা হাযদোক্লগে'। আকাশবানী ইম্ফালগী শৈবেংবা অমা ওইনা মীযামগী সেবা তৌজবক্লবা ডা যোদ্ধ সনসম ঈশৈ শকপা অমা ওইবম্বা যাবা আর্টিষ্টনি। সুব তানা ঈশৈ শকপা ঐ মতাং অমনিদা থেংনখ্রে। কলাদা মাগী অচেৎপা নুংশিবা লৈ, মদুমক্লা ঐখোযনা মাবু অইবা, শৈবেংবা ওইনা হেক হেক থেংনবিবনি।

ঐহাক ডাক্তৰ যোদ্ধগী ওঝা, তেল্লবসু তেন্না, মতম খবা ওইবম্মী, চুডাচান্দ হাইস্কুলদনি। ওঝা অমনা ছাত্র অমবু নুংশিবদু ঙসিসু অদুম্মক নুংশিবি, পীবি মঙোন্দা মঙ্গলাশির্ব্বাদ — যাইফবা ওইয়ু, পুন্সি নুংশাংঙউ, ইবা পামজবা নহাক্না মথং মথং লাইবিক কয়া ইদুনা নবোয-ননাওগী সেবা তৌবা ওইয়ু। ঈশ্বৰনা নহাক্কী যাইফ থৌবম খুদিংদা তেংবাংবীবা ওইসনু।

ইম্ফাল,
১১/২/২০০৯ ইং

**বি জয়ন্তকুমাৰ শৰ্ম্মা**
প্ৰসিডেন্ট
মণিপুৰী সাহিত্য পৰিষদ, ইম্ফাল।

# পূক্নীং লকানুংদগী ৱাহৈ খরদং

ঈশৈ মযেকখক্তগী ওইবা লাইবিক অমা ফোঙবা হাযবা অসি খল্লুবদা অহানবদদি ঐঙোন্দা মতা অমা ওইনা থোকখি। ঐবু নুংশিবিবা ঐগা তিন্নজবা সাহিত্যগী ওজা গুরু অমসুং মরূপ মপাঙ খবনদি ঐগী ঈশৈ মযেকশিং অসিবুসু লাইবিক ওইনা ফোঙদোক্কদবনি হাযনা তাকপীবকপা, পূক্নীং থৌগৎপিবকপা কযা অমা যাওখ্রবনি। খঙ্গানবিঙেদা তপ্না তপ্না খঙলকখি হিন্দি, উর্দু, বাঙ্গালী, আসামীযা, যুরোপকী লৈবাক্তচিংবগী লোনশিংদা অমদি মখোযগী সাহিত্যগী পূক্কৈশিংদদি ঈশৈ মযেক্কী মফম চাউনা চাউনা কন্দুনা লৈ, মখোয মখোযগীদি অসিগুম্বা মখলগী লাইবিকশিংসু যাম্না লৈ। খৃ কুম ১২৩০ অদুৱাঈদগী ইতলীগী খা লমদমলোমদগী হৌনা ফোঙনবকপদুনা, সোন্নেত হাযনা মিঙ্গৌনবগসু, চপচাবা লীবিকেল ওইবা মওঙদা ইনবকপা, ঈশৈ ওইনসু শক্তোক্লবকপা, মীযাম্নসু যাম্না পান্নবকপা অসি ফ্রানছিস পেত্রার্ক (১৩০৪-৭৪) না বাইম স্পেযবস (অচাঈবা শৈবেংশিং) অমসুং কাঞ্জনোনীযব (ঈশৈ) হাযনা থোনবা লাইবিক অনী ফোঙখিবা অসিদগীনি হাযনা লৌনবগুম তৌই (মাইকেল আর জি স্পিল্লর, দি দেবলপমেন্ত ওফ দ সোন্নেত, লন্দন, রোউতলেদজ, ১৯৯২, পেজ ১২৫)। মসিনা নোংচুপকী খোর্জেগী বেকর্দশিংদগী থেংনজবনি। তৌবগীদি খৃস্ত মমাঙ চহী কযামুক্কী মমাঙদগী ভাবতকী বেদ, উপনিষদনচিংবদবুদি ভক্তি গীতকুম্বা মখল কযা অদুগা জযদেবকী গীত গোবিন্দনচিংবদা লাইশোল ঈশৈ কযা অমা লৈনখ্রবনি। ইতলী অমসুং যুরোপকী লমশিংদা সেবেনেদ হাযবগী মিংদা অদুগা নোংচুপ এসিযাগী আরব লৈবাকশিং অমসুং ভাবত্তা শৈরী, গজল হায়না মিঙ্গৌনবদুনা নুংশি নুংঙোলগী ঈশৈশিং চহীচা ১৫/১৬ শুবা অদুৱাইদগী যাম্না পাম্নমা শক্কৎনবকপগী খূদম পাউদম মবাঙ কাযনা লৈ। ইংলন্দগী ফাওব ংগাওববা কবিশিং বিল্লিযম ৱর্দসৱর্থ (১৭৭০-১৮৫০), পর্ছী বীসশে শেল্লী (১৭৯২-১৮২২), জোন কীতস (১৭৯৫-১৮২১), লোর্দ অলফ্রেদ তেন্নীজন (১৮০৯-১৮৯২) নচিংবসু ফজ ফজববা নুংশি নুংশিববা ঈশৈ মযেক কযা অমা ইবমই (চিলদ্রেন'স ব্রিতেন্নিকা, বোল ১১ পে ২৩, ১৬ পে ৮, এনছীক্লোপেদিযা ব্রিতেন্নিকা, লি লন্দন, ১৯৮৫)।

মুম্বাই ফিল্মসতা ঈশৈ মযেক ইবা ওইবিবা অমসুং ওইবম্বা অফাও অফাওবা কযা, শকীল বদাযুনি, সাহিব লুধিযানবি, বাজেন্দ্র কৃশন, শৈলেন্দ্র, কৈফি আজমি, জাবেদ অখতবনচিংবা মখোযসিসু উর্দু, হিন্দি, পঞ্জাবীনচিংবগী মমিং চাউনা চাউনা লৈববা কবি ঙাক্তনি। ঈশৈ মযেক্কী মতাঙদা অশেংবা অমসুং অচুম্বা শাহৌ অতৈ অতোপ্পা লৈবন্নগদি ঐহাক্না থিজিঞ্জবদা অৱাৎপা লৈবনা ওইফম থোকই, চুমথোকপিবক্লবদি নুংঙাইজগনি। ঐখোযগী মণিপুবী লোন্দসু ঈশৈ লেংবা কযাগী ঈশৈ লাইবিক ফম্না যাম্না ফোঙনখ্রে হাযবসু খঙলকখি। মমৈথঙদা ঐগীসু ফোঙনবগী অপাম্বা অমসুং থৌনা লাকখিবনি।

অঙাঙ ওইবিঙৈদগী সাহিত্যবু অমসুং ঈশৈবু যাম্নমক পামজবকই। খুৎমাবা ওইনা অহানবা খুৎ যাওনা চঙশীঞ্জক্কবদি ৱাবী মচা, উপন্যাস ইববোমদনি। অদুবু ঐগী শিনফম মতা অসিনা, ঐনা হেন্না হকচীন্না পামজক্কবোমসিদা মায ওনশীনবা ঈঙম্মক ঙম্লকখিদে। ঈশৈ ইবগীদি পূৱক্লীংদা, থম্মোযদা ইপোম অমা হেক মোংলকপা মতমদু, ঙাইহাক মতম শংবা তানফম অমদা ওইনা থোক্লু বগদি, হাযনীংবা ফোংদোৱক্লীংবা ৱাহৈ খবদু খোৎচীলহৌবগা খবা কোন্না তাঞ্জা চাবা মতম অমদা ঈশৈগী মওঙদা ইথোকপা যাই, মদুনা ঐগী শিনফমদা খুৎলোযনবা হাযবা অদু ওইফম থোকই হাযনা লৌজখি। ঈশৈ ইবগী পাবা খবদি, ঐগীদি হায স্কুলদসু মতেক অমা ওজা ওইবিবকখিবা, ওজা শ্রীবি জয়ন্তকুমাবনসু খবা তাকপীবকখিদবা নত্তে। মদুসু ইথোক্লবা মতুংদা অমুক পাৱুবদা ঐনা খঞ্জখিবা, ফোংদোকচনীংখিবা অদু যৌবা ঙমদ্রে খল্লকপদগী শেমদোক্ক-শেমজিনগা, চুমথোক্ক-চুমশিনগা ককথোক ককশীন তৌবদা ওইবক্লিবা ঈশৈ অদুগী ৱাখল্লোন্দুগা ঐনা হান্না খঞ্জখিবা অদুগদি অৱাং মেকুগা খা মেকুগা লাপ্পবা অদুম্না ওইবকখিবা কযা থোকখিদবসু নত্তে। অমুক্তং ইথোকপদা মসিনা অসুম যাফম থোক্লেদা খল্লগা অদুম থমখিবসু কোঙ্গাযনি। অদুবু, অমুক্তা যাবে খনখিবশিংদুসু অদু মঙাযবে, ককথোক-ককশীন শেমখিবশিংদুসু অদু মঙাযবে, মসিমদি ঈশানা পেঞ্জবে হাযবদুমক্তি ঈযাওমক হেক যাওখিদে। ইংলন্দগী কবি শেল্লীনা হায়বম্বা ৱা, লৈমপোকপম ওজা দামুদবনা পনখিবা অমা লৈ, 'অইবা অযাম্বদা অসুন্না থোকই, অহানবগী ইনিংবগী ইপোম অমা ল্যাকপদা মঙোন্দা ফাওখিবা মনুংঙাই অদু মানা ইবা মতম অমসুং মদুগী মতুংদা ওইবক্লিবা, লোথবক্লবা মনুংঙাই অদুনা কৈদৌঙৈদসু যৌবা ঙম্বা নত্তে।' অসুন্না চহী কুন্মঙাবোম হৌখিবা খঙহৌদে।

সবকাবগী থবক্তুগী পোথাববা মতুংদা, যাহৌ থেঙনা চঙলুবা অমা ওইজববসু, ঐনা পামজবা সাহিত্যবোমদা অমুক মায ওনশীনবা হেন্না ঙম্লগনি খঞ্জবকই। হান্না

ঈশৈ মযেক খবা ইকব্বদুগা, শৈবেং ইববোমদা অমুক ঈশানা ঈশাবু চাংযেং অমমুক হোৎনজক্কই। শৈবেংনা অপাবা মীবু নুংঙাইহনবা ঙম্বা হাযবা অসিসু ঈবায হেক লাযবমক্তি নত্তবা অমা ওইবল্লে। ঈশৈ মযেক্কীদি, থোইদোকপা ৰাখল্লোন যাম্না চেন্দ্রবসু, শুব অদুনা মযেক্তুগা চাননা ফজববদি অদুগা শক্লিবা শৈশকপা অদুনা থৱায যাওনা শকপীবগদি তাঞ্জা অমা চানকদুনা মীযাম্না পাম্বা অদুম মওইবকই। অসুম্না ঐনা ইজখিবা ঈশৈ খবদি ওল ইন্দিযা বেদিও অমদি দুব দবশন, ইম্ফাল কেন্দ্রদা 'তাবীনীংবা ঈশৈ' গী থৌবমদা মবক মবক্তা হেক হেক যাওবকই হাযবসু খঙলকখি। মসিনসু ঐনা ঐগী ঈশৈ মযেক্কী লাইবিক অসি ফোঙদোক্কে খঞ্জবদা থৌনা হাপ্পা মচা অমসু ওইখিদবা নত্তে।

শৃৎনমগীদমক ঐনা ঐগী ঈশৈ মযেকশিংদু থিকব্বদদি অমত্ত থিবা খঙদ্রে, ঈমুংগী থবক থৌবম থোক্লকপদা নৃপী অঙাঙশিংনা লংথোকখ্রববা নৎত্রগা কদায কাচিন্দা থৈজীনখ্রবনো অদুম খঙবা ঙমখিদ্রে। মতম খবদি অমুক নীংবা কাযখি। তপ্পা তপ্পা অমুক ওল ইন্দিযা বেদিওদা চত্তুনা ঈনাও শ্রী মৈস্নাম বীবমনি, প্রদ্যুছবদগী অযাবা লৌজবগা ঐনা ইখৎচখিবা ঈশৈ মযেক্কী বেজিস্তব অদুদগী মথঙ মথঙ শিন্দোকচবকপনি। থবক অসিদা নুংশিজববা ঈনাওশিং বোবেন শর্ম্মা, হামোম কুমাব, নিঙোম্বম মুনালনচিংবনা হবাও হবাও ঈতেঙ পাংবিব্বকপবু থম্মোয শেংনা হবাওবা অমসুং নুংশিবা ফোংদোকচবি অমদি থাগৎচবি।

লানখৎখিদবা ঈশৈ মযেক, ঐ ঈশানদি খোযদাজখিবা কযাদি লাইবিব অসিদা অদুম যাওদ্রে, অমুক শাগৎপসু ঙমদ্রে। বেজিস্তবদগী শিন্দোক্লুবগী কান্নবা অমনা শকখিবা শৈশকপশিংগী মিংশিংসু, বের্কদ ওইনা, সোই তৌব তৌবদুনা যাওবল্লি। খুদোংচাবা অসি লৌজদুনা ঈশৈ ওইনা লাম্থোকপিখিবা শৈশকপা, শৈশবপীশিংগী মিংসু লাইবিক অসিদা পনশিঞ্জবে, শৈশকপা শৈশকপীশিং অসিবুসু লনাইগী ওইনা থাগৎচবা অমসুং তৌবিমল খঙবা মতাঙ অসিদা উৎচবি। ঈশৈ খবদি থাঙ্গশেংনমব লানথোকপিখিব্রা লানথোকপিখিদব্রা তাংদাংবা খঙজদবা যাওবি সোই তৌবম্বা থেংনজবদগী মিং অদুম পঞ্জবে কবিগুম্বা লাম্থোকখিদবা যাওববসু ৱাবৌবিবোই হাযনা আশা তৌজবি।

লাইবিক অসিদা যাওবিবা ঈশৈ মযেকশিং অসি চপচাবা হীবম অমগী মতুং ইন্না মথঙ মনাও নাইনা থমজখিদ্রে। ঈশানা পামজখিবা, ঙন্না ইখিবা খবনা মমাও থংনা থমজবনি, মখা তাবকপদি থেংন থেংনকুবগী মতুং ইন্না অদুম হাপচীঞ্জবে।

লমযানবা প্রিন্টর্সকী নুংশিজববা ঈচীল ঈনাওশিংনা, লাইবিক অসি নম্বদা, ঈশাগী অচিনবা থেংখাং কয়া লৈবদগী, ঐনা মতম চানা খূদুং ইনবা ঙমজখিদববু যাম্না হৈনদবা কয়া ফাওবীবমগনি। মদু পুন্নমকপু ঙাকপীগনি নীংঙৈ।

লাইবিক অসিগী মখূম যেকপীখিবা ওজা শ্রী থোইদীংজম তোম্বী সিংহদা অমসুং লাইবিক অসি নম্বদা মতেঙ পাংবিখিবা ঈচীল ঈনাও খূদীংমক্কী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

অবোঈবদা মব্দ ওইনা, ঐগী ঈশৈ ময়েকশিং অসিবু লাইবিক ওইনা ফোঙদোকপদা অযাবা পীবীবকখিবা, দাইবেক্তব, এ আই আব ইম্ফালবু হন্না হন্না থাগৎচবি।

জানুৱাবী ১৫, ২০০৯

অইবা

**যোদ্ধ ছী সনসম**

# য়াওফম তাকপা

# পীক্লবা থাউমৈগী মৈরীদো

পীক্লবা থাউমৈগী মৈবীদো
তমথিবা নুংশিৎনা ছমদোকথি
খঙহৌদ' তাইবঙসে মমখবে।

মল্লবা থাংপোক মনূংদা
অমত্ত ভাযববা মঙালনি
থম্মোযনুং ঈশৈগী তাম্মাদা
জগোযগী শাথেক্তা হাইনা হুন্না
শান্নখি কযাদ হবাওনা
হযেংগী ৱাখলসু চঙদনা।

মৈবীনা মূৎখ্রবা মতূংদা
মল্লবা কুযোম্না যোমশীল্লে
অসুম্না ৱাবদি অমুক্ত
থেংনদ্রি ঐগী পুন্সিদা
উবিবোই কনানা অৱাবা
তাবীৱোই কনানা তেংথাবা

এপ্রিল ২২, ১৯৮১

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবা ললাম্বুং ইমো (এ আই আবদদি সঙ্গীত মণ্ডলগী কালাকাব অমা ওইনা)

# ৱাদুনত লাক্লবা ঐনি

ৱাদুনত লাক্লবা ঐনি
ঐ চিংনদে অনৌবা চৈন্না
পীথোকখিবা থৱায হকচাঙ
নিজবোই অমুক পীযু হাযনা।

মতম খবদি নোকচখি ঐনা
মাঙগী তুংগী অৱোবা কাউখি
অযুক নুংথিল নুমিদাং চুম্পা
মঙলান অমদা নুংঙাইনা তাউখি।

খঙলে ঙসীদি বিধিনা তম্না
ঐগী লাইবক্তি অৱাবা পুন্সি
মীৎলৃপ্না পিবাং তুংলবিবা
শিম্মজসনু নৌহৌননা।

জানুৱাৰী, ১৯৮২

# কুমওন অমা লাকপসিদা

কুমওন অমা লাকপসিদা
খুদোলসিদং তল্লক্কে ঐ,
হাযবক্লবোই, ফোংলক্লবোই
খল্লুববনি মতম কুইনা।

নুংশিবী নঙনা পামজদবা
মাহে অমা হাযববোই
অসিমত্তং পল্লক্কেকো
নুংঙাইবা ওইযু নঙগী পুন্সি।

নুংশি লাইমন্নি হাযবক্লব্রোই
নুংঙাইনা হিংলি হাযবগে ঐ
মতুংদা অমুক উনবদা
নঙসু মোমোন নোক্লকউকো।

দিসেম্বর ২৯ ১৯৮১

ঈশৈ ওইনা লাথোকখিবা ললাম্বুং ইমো

# ঙসীগী নোংলৈ নুংশিৎসিদা

ঙসীগী নোংলৈ নুংশিৎসিদা
ঐহাক্কী ৱাখল কদাযদনো
তাইবঙগী খোঙ্গ্রেল তাখিদবে
নহাকপু কৈদা লৈবিগবা ?

মবালনা থল্লবা তাইবঙসিদা
নহাক্লা খিবি নরাল ইবাল
ঐহাক্কী থম্মোয লৈতাদব্রে
ৱাবল্লগনি চান্নবীও
চন্নবী ৱাঙাঙ তাখিদরে
খঙহৌদ' 'নাক্তা লাক্লোগবা।

হাযখিবদাইনে নোংমা নঙনা
কিদে নঙদি নোংজু নুংশা
তাইবঙদা ঐহাক লৈবি'মথৈ
খাঙজগে হাযনা অৱা মৈশা
ঙসীদি কদায, কৈদা চৎলে?
খঙহৌদ' 'নাক্তা লাক্লোগবা।

জুলায, ১৯৮২

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবা এলাংবম নেত্রজিৎ সিংহ (এলিযাস এলাংবম মীৎঙম)

# নোক্কনবী নঙনা নোকখিদবদা

নোক্কনবী নঙনা নোকখিদবদা
নোকশিবা ঐবু, কপশিবা ঐবু
চিংনরে ঐগী থম্মোযসে
অকবা তাঙ্গাবু ওইবদবা
অকবা তাক্ষম্বু ওইবদবা?

তানীংবা ৱাবু ওইকদবা
তানীংদ' ৱাবু ওইকদবা
নোক্লক্লগদি নুংঙাইবেদো
কপখ্রগদি মাঙজরেদো
অসুক লুনবু নুংশিজবকপা
অসুক কুইনবু ঙাইজবকপা।

থম্মোযদা নঙগী পক্রববা
নুংশিবগী ঈবীক অমা,
মীনুংশিদি নিজরোইকো
পাজকবদি নুংশিবনি,
নঙগী মহৌশাগী মোমোন মীনোক্নো
কন্নাগী মকাদবু খূদোল তমখ্রবনো?

নবেম্বর, ১৯৮১

# পিরাং নঙ কৈদৌরবা

পিবাং নঙ কৈদৌববা?
শিন্নখোদনা পেন্ননবা।

ঐগী ৱাবী লোইশিনখিনু
নীংশীং নীংশীং লাকখিসনু
থম্মোয মাগী খল্লুগনু
পেঞ্জ'নি মাস্ কপচবগা
ঐগী ৱাবী, নুংশি ৱাবী
মাঙখি'নি খনবদা পাম্মুদবা?

ঐগী থম্মোয মচেৎ তানা
কাযহল্লম্বী মাগী ৱাবী
হঞ্জিন হঞ্জিন নুমিৎ খুদীং
কবিগী ঐনা তানীংলিবা
হংলক্নু ঐবু অমুক
পাউখুম লৈবোই, কান্নবরোই।

জানুৱাবী ২৬ ১৯৯৭

ঈশৈ ওইনা লাপ্লোকখিবা এলাংবম নেত্রজিৎ সিংহ'(এলিয়াস এলাংবম গীৎঙম)

# ঐ ঙসীদি অশেংবা হায়দোক্লগে

ঐ ঙসীদি অশেংবা হাযদোক্লগে
ঐসে থম্মোযদা মলোম থল্লবনি
নঙগী যাইফবা ওইযৃ হাযখ্রবসৃ
থম্মোযদা চৈনা লোৎলবনি।

মীৎলৃদা পিবাং শিল্পববসৃ
চীনবান্দা নোকপা তল্লবনি
নঙগী মাযথোঙসৃ মকশীল্লমাল্লে
নোকপদা মযেক শেংদ্রমাল্লে।

নঙঙোন্দগী ঐনা হেন্না ইবাল লৈ
নুমিদাং খৃদীং কপ্লিবনি ঐ
অসুম ওইবসন্ ঐ হাযববোই
তুমিন্না কপ্পনা পেঞ্জববনি ঐ।

ওক্টোবর ২২ ১৯৯৭

# নোংজুলক্কী শঞ্জেন্নহা

ইঙেল থাগী ফৃঈনা চুবা নোংজুলক্তা
শঞ্জেন্নহা চৎলিবসে নুংশিদবা?
নুমিদাংৱাই যৌবকপদা লাঈব' খাংপোক তম্লক্লেনে
ঙসী নোংগী শিম্বা পাঙবা লোইবমাল্লে।

হকচাঙ পৃম্বা লৈখোম লৈনাঙ পৃমতৈ তৈ
লেপ্লে তৃসোল খ্বাঙদা যান, শঞ্জেন শাজৈ খৃত্তা পায
খূঙ্গং চন্ লাঈববী পলেম মমায' মচানি
ঙসী নোংগী চবা নোংথম তাল্লিমাল্লে।

খল্লুগনু পাখঙ অৱা অনা, নোংজু নুংশা
নঙতন্দি ঙাক্লিবনি মপৃ মাগী যাথং
নঙগুম্না তাইবঙ পৃম্বা শৃ নোম্লবদা
লাকখিগনি নুংঙাই যাইফ মালেমসিদা।

জুলায ১৩ ১৯৮১

# তাঙনা শাৎপী শমজীরৈ

তাঙনা শাৎপী শমজীবৈ
কবি পাউখোং চল্লিবা?
নুবা লুতুং ঙান্নলৈ
ঈকাঈথীবী নতৌবা?

শূমাঙ থেলোং কাচিন্দা
ব্লাংল' পামেল মথক্তা
চীক্লা লেম্না শাৎপদি
তাইবঙ মিঠৌ কিববা?

কুমজা চুপ্পা লোৎলুবী
মাঞ্জ বন্না ঙাইবনো?
ঈঙা থাদা শাৎপদি
হায়নখিবা লৈববা?

জুলায় ২২ ১৯৮০

হেবর শ্যাম সিংহ অমসুং মোইবাংথেম জিতেন্দ্র

# থম্মোয়দদি ফাওররে

থম্মোযদদি ফাওববে
শকউদবা ঈবুংঙো
মশেক অমা উবক্লে
মপৃং ফানা উৎপীবো।

অশোয-অবান খৃদীংমক
ঙসী লোইনা উবক্লি
চঙজবক্লে ননাক্তা
পীনবিবো ঐঙোন্দা
থৌজাল মবীক অমত্তং।

পূন্সি লমশাঙ পম্মুংদা
যৌন' পাঙ্গল পীবীবো
ঐগী কনা লৈজদে
মীৎলূ পিবাং ঈহৌনা
ঙসী ননাক' লেপচবি।

সেপ্তেম্বব ২৪ ১৯৮২

ঈশৈ ওইনা লাঘোকখিবী অশেম বিমলা দেবী

# ৱারবা থম্মোয়

ৱাববা থম্মোয নঙনা
মফম অমদা ঐবু পুবিৱো
মী কনা লৈতবা লমদমদা
খোঙ্গ্রেল তাদ' অচীকপদা।

মফম অদুদা ঐ মাঙথগে
পোংথাজকবগে, তুমজকবগে
তাইবঙ কনানা থিবক্লবা
ঐগী খোঙ্গূল ফংদনবা,
মী কনা লৈতবা লমদমদা
খোঙ্গ্রেল তাদ' অচীকপদা।

নুংশি ৱাঙাঙসু তাজনীংদ্রে
থম্মাল মাযখোঙ উজনীংদ্রে
তাইবঙ কুমহৈসু যাওজনীংদ্রে
ঐ চৎলগে যাম্না থাপ্না -, যাম্না লাপ্না,
মী কনা লৈতবা লমদমদা
খোঙ্গ্রেল তাদ' অচীকপদা।

ফেব্রুৱারী ১৩, ১৯৮১

# চীং-তুরেল লমনুংশি

কৌব্রু চীং থাংজিং চীং, শিবোই চীং
ঐখোযবু কৌবি খুৎলাম তোয়না
খোংজোম চীং চৈবাও চীং, নোংমাইজীং
ঐখোযবু ঙাইহবি চিংনা যেংনা।

ৰাববসু ৰানা লিংজেল মান্নবা
জুকো তমপাকপু যৌকসি লাউ
খুৎশঙ্গনা চৎসি, হোইবু লাউনসি
খুগা খোদ্দাকপু লাম্লুসি লাউ।

খাবোমগী লোকচাউ ওইনাম্লোংগী নাপোম
ইচীল ঈনাও খঙনকসি লাউ
ঈহীল থৌবাল নম্বুল ইম্ফাল
নুংশিবগী ঈচেল চেলহল্লুসি লাউ।

কাছাড়গী লবাক ত্রিপুরা হোজাই
শিলোং, শিবশাগর তিন্নকসি লাউ
তমগী খোঙ্গেল ইংগী খোন্থাং
মালেম শীন্না নিলহল্লসি লাউ।

ফেব্রুৱারী ২৮ ১৯৮৪

# মিপাই চাউবীদো ওইরিবরা

মবক মবক্তা নীংশীংদবা
নঙবু অমুক্ত লাক্লীংদ্রববা
নীংশীংলক্কনি কিবববা
মিপাই চাউবীদো ওইবিববা?

লমহাং চিদাই চীংযা লম্বী
নখোয' থুঙ্গং যৌবা লম্বী
ইংখোল চিথেক কুবাও মখোঙ
পৃথ্বী মপাল মালিকা মখোঙ
শিঙ্গাবৈনা চোইজাইনা তাবা
নীংশীংলক্কনি কিবববা
মিপাই চাউবীদো ওইবিববা?

মমাঙ চহী মেবা থানিল
কনা যাওদ চৎলুই ঐনা
অদুগৈগী হৈথা মখোঙ
অসুম ইদোম ফল্লুই ঐনা
ফর্মীনখিবা নঙগা ঐগা
নীংশাংলক্কনি কিবববা
মিপাই চাউবীদো ওইবিববা?

ফেব্রুৱাবী ১৯৯৮

# কুইরেদা উরুদবা

কুইরেদা উরুদবা নুংশিবী
ঙসীসু শল্লাঙ চোইজাইনবি
হাযঙমদেনে তাইবঙ পুন্সি
খল্লুদেনে লাপথোকখিনি।

অদুঙেগী মেবাথাগী মঙলান
লৈচীল নোংফাইগুম মাঙখরে
পৃথ্বী মপাল সনাবৈ
মযেক শেংদ' নীংশীংহল্লি।

ৱাকচীং গুলাপকুম খাঙজবীনি
উলেনলক্তা তনিকপীনি
নৃঙ্গাযলক্মী লৈবাক্লেনি
তামখ্রবীদি কোয়ীবৈনি।

ইম্ফাল, নবেম্বর ১৯৮১

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবা মোইবাংথেম তিকেন্দ্র

# লাঙতক্লখিনু পোম্বী নঙবু

লাঙতক্লখিনু পোম্বী নঙবু
পোনগী খোঙনাও হাংদোকখিগে
পাইদ্রিঙে নঙনা, তাখো-ঙাইখো
অবোঈবা ৱাহৈ থম্মোযনুংগী।

খাম্নবোই অমুক ঐনা নঙবু
নীংজবা পোইবৈ পাংখবোকো
ঙসী ঐ তশেংনা খঙলে
কালেনগী মৈশা ফাওবরোই নঙনা
শজীবু নোংলৈ কিদ্রে নঙনা
লমহাংনগনি থন্দ্রে নঙনা।

ঙাইবল্লগনি মানা নঙবু
তবাম্না নঙবু ওকপীগনি
তক্লুগনুকো নঙনা মঙোন্দা
লেপ্তুনা ঐনা লৈহৌই হাযনা
পাইখিবা মাযকৈ যেংহৌই হাযনা
পাইখবোকো পম্মুং যৌনা।

দিছেম্বর ১১, ১৯৮১

ঈশৈ ওইনা লাম্বোকখিবা শক্লেম্বম বঙ্কিমচন্দ্র সিংহ অমসুং ললাম্বুং ইমো

# নঙবু কনানা শারক্লিবনো

ফজবা নীংথীবনা তিল্লবী
নঙবু কনানা শাবক্লিবনো
নুংশিগী লৈহীনা যোল্লবী
নঙবু কৈদগী উনকুবনো?

ভৌববী হকচাঙগী কুচুদুদা
পাবপনা ঙাঙলবী ফিজোলদুগা
পীশূমগী মখাদনা মঙ্গ্রা মচু
কযাদ শুমহৎলি ঐবু নঙনা
পামজবা খিবিক্লা পূল্লবীনি
পুন্সিগী নুংশিবী ওইখ্রবীনি।

নাকন্দা মীৎচীনা যেংলম্লগা
তাবকপা শল্লাংবু খোমগত্তুনা
মোমোন্ত নোকচবী চীনবান্দুনা
নোকল্লবী নমান্নবীশিংদুদা
কবিনো নাশোন্না পাউদম্লিবা
ঐবস্ খবদি তাহল্লবা।

শগোলশেন দিসেম্বর ২০ ২০০১

# থম্মোয় নঙবু তূমীন্না লৈরোগবা

থম্মোয নঙবূ তূমীন্না লৈবোগবা
ঐ ঙাইহক্তদি পোৎথাজগে
কোৱৌ নূংশাংনা ৱাজবক্রে
ঙসীসিতংদি পোংথাজগে।

মীযাম্নক্তা তিল্লবগা
লৈতাদবা ৱাখল লাকই
অচীকপা মফম অসিদদি
নীংশীংনীংবা ৱাবীদুসূ
থৱায তানা খনবা ঙমই।

নঙগী ৱাকৎ নিংঙাইদুনা
ঐগী ৱাবী মাঙখিগনি
নঙনা পূক্লীং নুংশিবগা
তূমিন্না পিবাং শিন্নজবো
মবীক চন্না লীবকখিগে।

মার্চ ২২, ১৯৮২

# অহীংসিদা সহরগী লমজাওদা

অহীংসিদা সহবগী লমজাওদা
মী কন্নাসু চপ্রবদা
চৎলি ঐনা ঈপাঙ যাওদনা।

ইথন্তগী খোঙথাঙ মখোল
ফীজী ফীনাগী শৈবোল
পূক্লীংসে নুংহীক্লা তাজবি
নুংশি কাযনবগী চৈবাক্লি।

ঐ ঙাওবে তম্বিকনু
অৱা মৈশা লাংহনবিনু
হৃযাম্ববনি মঙেন্দা ঐনা
ঐ নুংঙাইনা হিংলি হাযনা।

মে ৩১ ১৯৮১

# মতম অমা লৈরম্বনি

মতম অমা লৈবম্বনি
নঙ ঐগী চান্নবিঙেগী মতম
মীৎকৃপ অমত্তং পোৎথাখিদবা
নঙবু উদ মঙলান কযাদা।

মাঙখ্রবসু মতমদুগী থম্মোয
ঐদি লেপ্লি লম্বীসিদা
বিদাই হাযবি নঙঙোন্দা
ত্নিখ্রসনু ঈবোলনুংদা।

মীৎকী পিবাং শিন্থসনু
কাযন' মৈচাক পুদুনা
নঙবু নুংশি শোল্লবসু
নুংশি ভিক্ষাদি নিজরোইকো।

আগস্ত ১৯৮১

# নঙগী নত্তরা

নঙগী নত্তবা লাক্লিবসে ঐনা
চান্নবীও লাক্রোগবা
ঐগী নাক্তা ফল্লোগবা
চান্ন চিন্ন ৱাবীনখিসি।

তম্লো লাউ নঙগী নপাউ
অহীং ঈচীক হুল্লক্লে
অযূক্কী লীক্লা তাবক্লে
ঐগী থম্মোযসে তনিক্লে।

থারোযনবী শিঙ্গাবৈগুম
খুদক্ত কেন'নি কিকগনু
লৈতাদবী পি থাদোইগুম
ঐবু লাংতক্লহল্লনু
পুন্সি মঙলান থিকবসি
ঐবু অমুক ৱাহল্লগনু।

মে ১৫ ১৯৮১

ঈশৈ ওইনা শাম্মোকখিবা মোইরাংথেম জিকেন্দ্র

# লোইখ্রদরা নঙগী ঐগী ব্লারী

লোইখ্রদবা নঙগী ঐগী ব্লাবী
অসুম্না অসুম হৌখিদবা নোংমা নোংমা?
মবম খঙদ, মযেক শেংদ ককঙাওননা
লেপহৌবি ঐনা মফমসিদা ঙকচাননা।

ব্লাবীনখি থানিল কযা পুংজা কযা
শাগৎচখিবা আশাগী ফুবা ময়োল
কেনখ্রদবা মচেৎ মচেৎ উফুলথক্তা
হুমখিনবা কদোমদনো নোংলৈ নুংশিৎনা।

খঙহৌদেনে মুব লৈচীল মচা অমনা
কৃপশীনখিবা অতিযা মকোয মবি শীন্না
চীংদোল লান্না শন্দোকখি লম্মৈ মৈখূ ওইনা
মৃৎখিনবা ঈঙা নোংজু ঈবীক্লা।

জলায ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাপ্লোকখিবা নোংমাইথেম পাহাবী।

# করি পারাবু তম্বিরিবা

কবি পাবাবু তম্বিবিবা
পুন্সিবু পোৎলূম ওইহল্লিবা
ঐগী পাঙ্গল লৈবক্তবে
মৈচাকসে খাঙবা ঙম্লক্তবে।

নঙগী ৱাখলনা লৈতাহন্দে
শোল্ল' নুজা ঐ মিপাইজবে
ঐগী পুন্সিসে কেল্লদবা
তাইবঙ মীনোকপু ওইবদবা?

হাযবো কবিনো নঙনা পাম্বা
নঙগী যাথং ঙাইবি ঐনা
তূমীন লৈব'সু লৈজবগে
নঙগী যাইফবত খঞ্জগে।

এপ্রিল ১৯৮১

ঈশৈ ওইনা লাম্থোকখিবী অবিবম সূববালা দেবী

# থম্মোয়সে অমুক্তং কায়খিবদা

থম্মোযসে অমুক্তং কাযখিবদা
অমুক মেনশিনবা লুবগনি
মশা তেক্রুবা পোম্বী চেক্লা
অমুক পাইবা ঙম্লরোই।

লোইবী নাপোমদা ওম্বববা
নৃংগী পাংথক অৱাবনি
ৱাংল' চীংদোল যেংলদুনা
লেঙদনা তাদুনা লৈবগনি।

লৈক্রেক চংলবা লৈমাযদা
লৈবাং মযোল চোংখিদৱে
ঈঙা নোংজু লাক্লবসু
ওমচাক্লদুনা পংথবনি।

মে ২০ ১৯৮২

ঈশৈ ওইনা লাম্মোকখিবা ললাম্বুং ইমো

## চরাঙনরবা মীয়াম্লক্তা

চবাঙনববা মীযাম্লক্তা
কালেনগী মৈশা ফাওখিদবে
চীংযাগী হাঙলবা মফমদূদা
উলেনগী চৈনা চঙখিদবে।

তমথিবা নোংলৈ নুংশিৎ শীৎলক্লে
থম্মোযনা হাইনা হুম্না খাঙজবি
মহূমদা লৈঙমদ্রবা চেক্লাশিং
পাইথোকখবে ৱাংমা লান্না।

কোক্লবোই পিবাংনা চাম্লবসূ
থম্মোয পামেলদা যেকখ্র' মযেক
নোংলৈ উফূলনা কৃপশীনখ্র'সূ
উবনি অমূক চাম্লগা নোংলীক্লা।

এপ্রিল, ১৯৮১

ঈশৈ ওইনা শাম্নোকখিবা খোঙাম ইবোৰেচা সিংহ

# হাকমল্লিদকো

ফম্রবা লৈচীল নখোযসে
ওম্মোক্লা হাকমল্লিদকো
ৱাবৌবা হৈজদবা ঐহাকপু
নখোযনা শাউহল্লিদকো।

নুংশি হৈতবা হাযবদুবা
পূর্ণিমা অহীং থাজসে
নখোযনা খল্লিন থম্মিবে,
ঙসীগী অহীং কূমহৈসে
যেংবা পামজবা থৱানশিং
নখোযনা উবা ঙমহনদরে।

লৈত্ৰবোই ঐগী মীচঙদি
ঈংলবা অহীং অসিদা
থুংলরে ৱাকচীং নোংলিকসু,
থাবলনা ঙাল্লল্লবদি
নুংশিবী মাগী মাযথোঙ থাজ
হেন্না নীংথীনা উবমগনি।

দিছেম্বর ৩১, ১৯৮৩
(গ্ৰেত তু নাইতসকী অহীং)

# হিংখিগনি

হিংখিগনি পুন্সি লোন্না
থাঙখিগনি ঈংনা চীক্লা
নুংশি চৈবাক অৱা মৈশা
অহীং নুংথিল অনীমক্তা।

মেবা থাবল উকবগা
নোক্লগেকো পিবাংলক্তা
হাযবক্কনু অসিমত্তং
পাঙদবনি হাযনা ঐবু,
তাইবঙ মীনোক কিদ্রবনি
অসিবু মাযথীবা কৌববা?

শাৎচসনু মালিকাদো
নঙনা নুংতি লেপ্লমফমদো
লৈবাং মবাল লৈজদবী
মদোম তুমীন লৈজবীনি
লানখিবদি ৱাবীদুনি
মাঙখসনু লৈনল্লক্তা।

নৱেম্বর ২০, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবা নিংঙোম্বম রূপচন্দ্র

# ফংখরে ঐদি অকনবা চৈথেঙ

থামম্বা অহীংদা কপ্লিবা নোংথাং
পীবনু অমুক অনৌবা চৈনা
পুন্সি খোঙনুংগী অমম্বদা
ফংখরে ঐদি অকনবা চৈথেঙ।

তাইবঙ শীন্না তুমখৎনু হুনখরে
কবম্বা প্রলযনো থৌবাংলিবা ?
নহাক্কী মৈঙালনা থোইনা হেন্না
নীংশীংহল্লি মাবু নৌহৌননা
হুমদোকখিবা মাগী শল্লাঙ চোইজাইননা।

থম্মোযদা পোৎলুম পুবদুনা
কুইবে ঐনা খাঙলক্লিবা
কবিনো ঐবু ঙসীগী অহীংদা
মীৎলুদা পিবাং শীল্লবিবা
হীকথরে ঐ থবায হকচাঙ।

মার্চ ১৪, ২০০৪

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবা নিংডোম্বম রূপচন্দ্র সিংহ

# নঙনা নঙ ওইরম্বসিনি

নঙনা নঙ ওইবম্বসিনি
ঐনা নঙবু নুংশিবিবা
লৈতে অতৈ হাযনীংঙাই
মবম অতৈ থোইদোকপা।

শল্লাঙনা ঙকশম লেংজুমদা
জুম জুম চোইনা তাবদুসু
ঐনা হান্না পামজবনি
নঙবু ঐনা নুংশিবগী
মবম পীযু হাযবগদি
নঙনা নঙ ওইবম্বসিনি।

শল্লাঙনা মীৎস্না খঞ্জিনবা
নঙগী খুৎনা খোমগৎপা
যেংলু' খুদীং নুংশিজৈ
খ্বাইদগী হেন্না নুংশিবগী
মবম পীযু হাযবগদি
নঙনা নঙ ওইবম্বসিনি।

ওক্টোবর ১৩, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবা অশেম অমবজ্জিৎ

# ঐসু খুদোল তমজনিংখি

ঐস্ খুদোল তমজনীংখি
নঙনা চৎখিবা মতমদুদা
নতাবোইশিংবু থনমদুনা
কৈবোই লৈকায থাদোকখিবা।

ঋখল অমগী ইবৈনুংদা
অঙাওবওম লৈখি ঐনা
খুদোল অমত্ত পীখিদবে
ঋহৈ অমত্ত হাযখিদবে
নঙণী চান্ন' মক্নপ ঐনা।

ঙসী ঐনা ইদোম শোল্লি
নঙগী যাইফ নুংঙাইবা ওইযু
ঐগী পুন্সি লেমহৌবসে
লোইদ্রিফাওবা হিংলমখিগে
নীংশীংবগা শান্নদুনা।

দিছেম্বর ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্মোকখিবা অশেম অমরজিৎ সিংহ

# নঙসু শোয়দনা উরমগনি

অহীং তাংলৌসে থেঙজীল্লক্রে
চুবম্বা নোংজুসু লেপখরে
থাজসে মঙাল ছন্দোবক্রে
নঙসু শোযদনা উবমগনি
থাজসে শোযদনা উবমগনি।

নঙসু থাজবু পামজখিবনি
হৌখিবা ব্রাবী নীংশীং
নদোম তুমিন যেংদববা
ঐগুন্না মৈশা লাংদববা?

হো থাজ, পূকচেল তপ্পী থাজও,
থাজ নঙনা থেমজিনবিযুকো
ব্রাহনবিগনু নুংশিবা মাবু
নীংশীংহনগনু মঙোন্দা ঐবু
মৈশানা ঙাওববী ঐবু অমুক।

জুলায ১৮ ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবী উমোনী দেবী

# ইরালবুদি লৈরে খঙই

ইবালবুদি লৈবে খঙই
অদুক চাউবা ইবালবুদি
শীবক্কনু নাকোঈননা।

থাদোক্লগে খল্লববা
নুংশিববু মীনম্ববা
অবানবনি খঙনা খঙনা
চৈথেঙ কনবা চৈবাক পীবা
মবৌ লৈবা থৌঈনশিন্নি।

নুংশিবগী নুংশিকবনি
পামজবগী পামজকবনি
লোৎনি খঙদ ফোংদোক্লবে
খাঙ্ভৃথক্তা নীংবা কাযহৌবে
মবৌ লৈবা থৌঈনশিন্নি।

ফেব্রুৱারী ১১ ১৯৮২

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবী অবাম্বম যমুনা দেবী

# য়েংগনু ঐঙোন্দা অদুন্না

যেংগনু ঐঙোন্দা অদুন্না
থাজগী মমাঙদা ঈকাযজৈ
লৈচীলগী মফোল মবক্তা
ঐগী শম্বুবু উববা?

অৱাবা চাম্মগী মবক্তা
নীনীগী নুংঙাইবা পুন্সিনি
থানিলগী থাবল লৈহীসে
থম্মোয থন্নবা থকসি লাউ।

অবাম্পা চীংযা নাপোমদা
অঙৌবা লৈচীলনা পাইবিবা
অসিবু তত্তনা উববা
যেংহৌসি অৱাবা লোত্তুনা।

ওক্তোবৱ ৩১, ১৯৮২

ঈশৈ ওইনা লাপ্লোকখিবী অবাম্বম যমুনা দেবী

# অরোঙ্গবা উনবা

ঐ ভসীসু হাযবরোই
অসিমন্তংদি নীংঙমদরে
অবোঙ্গবগী উনবসিদা
থাশিবমদাই অহীং ওইরে।

মতুং অমূক উনবসু
পেন্না যেংবা ফংলরোই
হাযনীংলম্বা বাহে কযাসু
থামম্বসিনা মাঙহনখরে।

চংখ্রবসু যারে হৌজিক
নুংশি নশক থম্মোযদা লৈহৌরে
থাবল অহীং ওইবল্লবা
অবোঙ্গবগী নঙগী শক্তম
থম্মোযনুংদা লৈহৌবদা
হেন্না পেনবা ওইবল্লোইদরা?

জানুৱাৰী ২৫, ১৯৮২

# নঙনা চৎখি লুরুক্লনা

নঙনা চৎখি লুকুক্লনা
নশাবী মতুং ইল্লদুনা
থম্মোয মাযবা ঐগী মৈচাক
খঙনা খঙনা চৎখি তাম্না।

ঈখোঙসে থাংবা ঙমখিদে ঐ
ঈমীৎ অসে মাযকৈ মমখি
লম্বী চিদাইদা লেপ্লদুনা
মীৎলু পিবাং ঈবীক্লক্তা
নঙতবুদি যেংখি ঐনা।

অমম্বগী অমম্বদা
ঙসীসু অসুম হিংলি ঐ
মরোল থোক্ত থম্মোযসিদা
মতম খুদীং হংলি ঐনা
ইবাল কবি লৈখিবনো?

ফেব্রুবারী ১৭, ১৯৮২

# নুঙাইরে লৈরাং লৈমন চল্লে

নুংথিলগী নুংশা মৈশা লাংলে
নুঙাবে লৈবাং লৈমন চল্লে
মবমস্ খঙদ' কপ্লি ঐনা
নীংশীংলি মানা কেনখিবদো।

নুঙাবৈগুম্না শাংখি মাসূ
নুংশাদি যাওদ' কেনখি মাদি
নোংদম্বা মানা থম্বিবল্লি
ইথন্ত ঐবু নাযতোম তানা।

অশীবা নঙনা তৃমীন যেংলি
ঐবু ঙাইবি মমি শামি
লাকনি ঐস্ নঙগী নাক্তা
থম্লম্মু মাবূ চেংনা লূনা।

মে ১৮, ১৯৮৩

# নীংঙমদবা পুন্সি কাউরগে

নীংঙমদ' পুন্সি কাউবগে
ঈশৈনা লমন শিংলগে
অসিনি ঐগী লৈজবা।

ঈঙাগী নোংজু লাক্লগা
পিবাংগী মবোল লোৎলগে
বসন্ত লৈবাং শাৎলগা
হবাওনা নোকপা তল্লগে
অসিনি ঐনা খল্লিবা।

ঈশৈসু কযা শক্লক্রে
খৌবাংবা থম্মোযদি খৌগংলি
হাযনীংবা কযা হাযবক্রে
কল্লবা মৈবীদি মৃত্তবি
অসিনি ঐনা শক্লিবা।

জুন ১৯, ১৯৮১

ঈশৈ ওইনা লাম্মোকখিবী তম্ফা দেবী

# পাৎকী ঈমায় চোল্লক্রে

পাৎকী ঈমায চোল্লক্রে
লৈবাং থম্বাল শাৎলক্রে
ৱাখল লীপুন থাদোক্রে
তামখুবদো নীংশীংলক্রে।

হিকথক্তা ফম্মীন
ঈযায তান্না হোনমিন
শীঙেল থম্বাল হেকপিবকপা
মাযথোঙ নক্লা থমজখি।

লাইজ ঈনূং কূমদুনা
ঈবীক খূজোক চাইবকখি
চীংশাং পবেংনা তুংদা থন
মাঙদা ঙসীসু লেপ্লরে।

জুলায ২০, ১৯৮১

# হংলনু ঈতা

হংলনু ঈতা ঐগী ৱাবী
খল্লুবগা পূক্লীং নুংশি
ঐহাক হিংলি, থৱায লৈবি।

নোংইন্না পামজৈ অহীংগী থাবল
অহীং লোইখরে, নাযতোম লৈহৌবে
কনানা লাল্লি, কনানা চুমই
অসিবু ঐনা হায'ঙম্ববা?

ৱাকৎচদে নোংমতসু
থৌশাবিদে খঙলবসু
নোংজু নুংশা খাঙজখিগে
পুন্সি তোবৈ থেক্লিমখৈ।

মে, ১৯৮১

ঈশৈ ওইনা লাম্মোকখিবী নান্দৈবম সুশিলা দেবী

# য়ুফোর্বিয়া

য়ুফোর্বিযানা কোযশীল্লবা নবানযাযদা
ঙসীস্ অমুক ননাকসিদা হল্লক্লেনে
মনাবৈনা ঙাঙল' মচু মবকসিদা
নঙনা হবাও মোমোন নোকপা উহল্লোনে।

ঐনা লৈবু পামই হাযবা খঙলবদা
ইনশীনখি নঙনা নতাশিংগী মবক্তা
যেংলুশি হাযনা লৈকোল অমা চীংমাযদা
শংবানব' চীংজাওথক্কী মচুলক্তা
তনিকখি ঐগী থম্মোয ঈংনা চীক্লা।

ঐনা চৎখিবা নুমিৎ অদু যাওবকখিদে
থিন্দোক্লকপা নতাশিংগী মবক্নুদা
থোঙনাও মনাক নদোম ফম্বা উবমইনে,
মশেল মবাঙ পিবাংলক্তা নঙনা মাঙখি
নখোয খলগী চীংখা লম্বী তাবকপদা।

দিছেম্বব ১১ ১৯৮১

ঈশৈ ওইনা লাম্মোকখিবা পগ্নশ্রম চন্দ্রকুমাব সিংহ

# চেক্লা নঙবু খোম্নৌবী

চেক্লা নঙবু খোম্নৌবী
মাগী মপাউ তক্লিববা
নঙনা তহা খোংবদি
ঐগী পৃক্লীং খঙবগীবা?

তেল্ল মতম থবতদা
নুংশি পন্দোম লোম্নখি
চীঙলোন ৱাংমা লৈহৌবী
পুংজা থৃদীং নীংশীংহল্লি
ঙসী পামেল উথাসিদা
চেক্লা খোঞ্জেলনা শুমহৎলবি।

হাযবু নুংশি চেক্লাচা
মাগী চেংলৌ উবকপবা
মোমোন নোক্লা লৈহৌববা
মাযথোঙ লাংশিন লেলহৌববা
লমদম কোযনা পাইবীও
নঙদি লোইনা খঙলিনি।

আগস্ত ৪, ১৯৮১

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবা পৃথ্রম্নম চন্দ্রকুমাব সিংহ

# লৈকোলসিদা ইদোম ফম্লুই

লৈকোলসিদা ইদোম ফম্লুই
ফজবা লৈবাং যেংনিংদুনা
লিরিবা নামীবা নহাক্কা
করিগী পিরাং শিফ্লহল্লি?

পোংথাবা ফংদ্রবা থম্মোয়সে
পুন্সি কেমহল্লগে খজদে
অঙসনু পিরাং লেগুনা
শিফ্লসনু থম্মোয় পেন্নবা।

মীংলূদা পিবাং শিফ্লরগা
ওইরত্রে ঐহাক্কী পোংথাফম
পীরত্রে ঐঙোন্দা নৌহৌন্ননা
চঙজফম অমা থম্মোয়সিগী।

জুন ১৯৭৮

# লাঙ্গোল লাইরেম্বী

লাঙ্গোল লাইবেম্বী কপ্পমাল্লে
থৃৎশেন্না থৃদৃম চনশ্বমাল্লে
মহৌশা চীক্লা লৈবম্বীদো
অবাঙবা মখোলনা নিনস্বমাল্লে।

লৈশাৎ তম্বী পামেল কযা
চীংযা লম্বী শীনবা থৃংলে
লাইরেম্বী মাদি হবাওজদে
থোইনা হেন্না ৱাবমাল্লে।

ঈঙা নোংজু লাক্লবদা
লাইজ ঈশীং ঈবোঙ ফাংলে
লম্ফেল পাৎসে ঈমায চোল্লে
ঈন চিংবীনা পবেং লেং
মহৌশা কুমওন থৃংলবে
লাইরেম্বী পিবাংদি লেপতৱে।

জুলায ১১ ১৯৮১

# শক্লি ঙসী থম্মোয় শোক্লা

ঈশৈ শক্কে থল্লমদবা
শক্লি ঙসী থম্মোয শোক্লা
নীংবা কাযবা নীংশীংলূঙৈ
শক্লি অল্লাবা শুব কযা।

নোক্লা হিংগে থঞ্জবম্বা
মীৎলূ ঈবা কংখিদব্রে
নৌনা শাৎলম্বী কোম্বীবৈ
খাজ্ঞৃথক্তা মাঙথব্রে।

থব্রায হকচাঙ লোইবমদাইদা
চিতথক্কী মৈবীলক্তা
অসিমক্তং নীংশীংবিযূ
নীংজবা কযাদি লৈখিবনি।

মে, ১৯৮১

# হংলুরনু অরেম্বদা

নোংফাইলক্কী পুন্সি মশক
খিরুরনু অমম্বদা
পাউখুম পীদ্রবা ৱাহঙদো
হংলূরনু অরেম্বদা।

নৈববা ঈচেল কল্লবা তোরৈ
তুংওইননা থমহৌবগে
লূববা ঈচেল তুংইঙ্গগে
ঈংলবা ঈপাক থিকবগে।

অমূক্ত যেংঙু মোমোন নোক্লা
মালেম অসে নীংথীদবা
পাক্লবা ঈমায় চীংযাগী চাংজৌ
মযেক শেংনা ঙাল্লিবা থাজ
মহৌশা মাগী খূদোলনিনে
মঙলান নত্তে অইবঙনিনে।

আগুস্ত ২৪, ১৯৮১

# নুংশিরবী ঈমা

ঈমা, ঐগী নুংশিরবী ঈমা,-
ঐনা অত্তাও ওইরিঙৈ
নতন্নাক্তা পাম্বিখিবা
ঐবু খোয়াং ইনবিখিবা
নঙগী লমন শিংঙমদেনে, ঈমা।

ঐনা শমশা চংলকঙৈ
তরা চাউবী ইনবিখিবা
নচাবু শয়েপ ফাহনখিবা
করিনা লমন শিংলেশিগে, ঈমা।

নোংজু নুংশা নুংশিংলক্তা
মালেম তাইবঙ শকখঙনবা
নচাবু কয়া তাকপিখিবা
ঙসী নচা চাউরক্লেনে
করিগী পিরাং শিম্বরিবা, ঈমা?

নচানদি থজ্জবনি
নঙগী মন্দির শাবিগনি
লৈকোলদা লৈয়াং থাবিগনি
নচা পাঙদে থজ্জদুনা
মীৎলূ পিরাং কংদবরা, ঈমা?

এপ্রিল ১৪, ১৯৮১

ঈশে ওইনা লাম্নোকখিবা  ললাম্নুং ইস্নো (সঙ্গিত মন্দল)

# থৌরবা কল্লবা মচাশিং

থৌববা কল্লবা নুংশিবা মচাশিং
নীংশীংলি ঙসীসু মণিপুর ঈমানা
ঈবানা থুমহৎলি ঈমাগী মীৎলূদা
পোইবে ঙাল্লবা ঙসীগী নুমিত্তা।

মিংথৈবেল শোন্নবি কোযবেঙ, থঙ্গাল, পাউনা
অঙ্গ্রেজগী চাউববা তমথিবা লান্মীবু
অকিবা লৈতনা থেংনখি লানফমদা
নোংথাংগী মতৈগুম ঙকহনখি তাইবঙবু।

নোংপোক্কী মৈঙাল মখোযনা থানগৎখি
নোংপোক্কী লিংজেল উৎখি মালেমদা
ভাবতকী মচাশিং মীৎকপ থোকহনখি
মিংচৎকী উরোং খিল্লম্লে তাইবঙদা।

আগস্ত ১১, ১৯৮২

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবা বোজী, মোইরাংথোম

# মীৎয়েঙগী পোইরৈদা

মীৎযেঙগী পোইবৈদা লেপ্তুনা লৈবম্বী
শক্তমদো শামখবে পিবাংনা থৎখরে
পুন্সিনা ঐঙোন্দা পীবম্বা নুংশিবা
থনম্লে, লৈহৌবে কপ্তুনা লেলহৌরে।

যেংলমখো অমুক্তং কৈদৌই হাযবগে
লেপ্তুনা লৈহৌগে, পুন্সিগী খলহৌগে
চৎলমদাইদা নঙনা যেংলমই হাযনা
কবম্বা তৈনবা নোংদমদা ঐহাক্না
হিংদুনা লৈহৌবা কপতুনা লেলহৌবা।

চৎখিনু নুংশিবী মাঙখিনু শক্তমদো
ঙাইখোনে অমুক্তং, ৱাংলেন অমত্তং
অকনবা নোংখোং নুংশিৎ নোংজুসিদা
হাযখিগে তাখোনে অবোঈবা ৱাহৈসে
নঙগী যাইফবা নিহৌই হাযবসে।

এপ্রিল ২২, ১৯৮৭

# পীগে হায়রি পূক্কে থন্না

থল্লগনু মরপ্লোইও
নঙগী শকক থূংদে হাযনা
লাকও কৌরে লৌবুকসিনা
পীগে হাযরি পূক্কে থন্না।

ঈমানা কৌরি ঈনাও নঙবু
তুংইল্লরো ঈচল নঙসু
তেল্ল' পুন্সি লোইল্লগনি
মপোক শিন্না পাঙল্লূরসি।

কল্লক মিহৌ মাঙল্লসনু
মীনুংশিনা থল্লসনু
ঙসী মঙ্গ' অতিযাসে
হযেং শেংনা ঙাল্লসনু।

লাক্লো চংসি হৌগংলক্লো
ঐখোয ঈথৌ পাঙল্লূরসি
ঙসী কোক্কে মীনায যোংল্লিং
মালেম থুংনা খঙহল্লসি।

আগস্ত ৪, ১৯৮৪

# থম্মোয়দা যুবা থৌরবা তিংখং

খৃত্তা যুববা তিংখং মচাসু
কনাগী চৈনা ওইবিবনি
থম্মোযদা যুবা থৌববা তিংখং
কবন্না খাঙভুগে চৈনাসে ঐনা?

ঙসীদি লাক্লি নঙনা ঈনাক্তা
যেংঙু মাঙখরে ঐগী চৈনা
নঙনা অমুক চংখিবদা
তিংখং চৈনা হেল্লিল্ল'নি।

অমজনিংবনি থম্মোযগী অন্নাবা
থঙ্গবা মঙায হাযদোকপা ঙমজদে
উপায লৈত্রবা ঐগী চৈনাখোল
তিনখ্রসনু ন্নাবীগী ন্নাবীদা।

মার্চ, ১৯৮৪

# চীংয়াগী লৈকোল

উদবা যেংঙু চীংযাগী লৈকোল
শীঙেল লৈবাংশিং ফজদবা
থম্মোয পূক্নীং ঈংহন্দবা?

উদবা যেংঙু পামেলথক্তা
খোঙম মৌলৈ লৈবাং চবোং
থম্মোয পূক্নীং নৌথোক্তবা?

তাইবঙ মৈশা ঝাংমসিদা
তান্নঁ লোযযা লমদমসিদা
ঙসী থম্মোয মকা লাপ্লে
ঝাখল তোবৈ তামখিদবা?

অহীং ঈচীক হল্লকপদা
ঈংল থাবল মঙাল্লক্তো
লৈকোলসে কযা ফজগবা
ঝাখলনা লাম্বা ফংঙম্ববা?

নঙগী ঐগী পূন্সি লম্বী
অরা মৈশা লাংলবদা
লাকশি চীংযা লৈকোলসিদা
মহৌশায মশাইগোনসিদা।

এপ্রিল ২৪, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাপ্লোকখিবা সঙ্গিত মন্দল (অনী পূন্না শকমীল্লবা)

# নঙগী শন্ত্রূ

খজাইমক্তসূ নত্তেনে
খদাঙমক্তসূ নত্তনে
চীনবান চিদাই মযানি
নঙগী শন্ত্রূ, নুংশি শন্ত্রূ।

নঙনা মোমোন নোক্লকপা
চীনবান অনী লেঙলকপা
শন্ত্রূদা ইপোম লাক্লেনে
শন্ত্রূ চীনবানগী কুমহৈদা
ঙাওজবিবা ঐনি।

নুমিদাং লৈনা থেঙলকপা
থাবলনা ফিঙৌ ফৌবকপা
পৃথ্রী মপালদা ঙাইবম্মু
ঙৌব ফিদৃপ ইল্লম্মু
নঙগী শন্ত্রূ যেংলগে।

নবেম্বর ২৯, ১৯৮৩

# নঙগীদি নীংশীং ৱারীনি

কূইনা লোৎলূব' ঈশৈনি
তাৱো নঙগীদি খূদোলনি
লমন শিংহৌদ' চৎগ্নবী
নঙগীদি নীংশীং ৱাবীনি।

নুমিত্তো নূবাগী নফল্লাং
খঙনদ' ঐনা ফল্লিঙৈ
নঙনা তহ্না চঙলকখি
পাইম পূক্নীং তুজুংখি
থম্মোয থম্মোয শকথঙন'
ঈকাঈ নুংশি যান্নখি।

নোংমদি কূইববা মতূংদা
খঙহৌদ থেংনখি লম্বীদা
কোকথক্তা কজেংলৈ লৈতেংনা
দোলাইদা ফল্লকখি নহাক্লা
নহাক্কী যাইফবা নিজখি
মীৎলূগী পিবাংদি কংখিদে।

ইম্ফাল, জুন, ১৯৮১

ঈশৈ ওইনা লাম্বোকখিবশিং মাইবম মাইমু সিংহ অমসুং অমব কালা মন্দিব

# নঙবু কাউরে হায়রগে

নঙবু কাউরে হাযবগে
ঈশানা ঈশাবু মীনল্লগে।

কাউগে খল্লি কাউঙমদে
নীংশীং নোংথাং কুপ্লরে
ঐগী ৱাখল চংখরে
অদুঙৈগী মফমদুদা
নোংজু অহীং লৈকোলদুদা।

নোংজু কযা হৌখবে
বসন্ত কযা লোইখবে
নাকেম্বাগী নুংশিৎসিদা
নাপদা তপ্পা তাবক্রে
অদঙৈগী খোঞ্জেলদো।

ইম্ফাল, নৱেম্বর ১৯৮২

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবা পুখ্রম্বম চন্দ্রকুমার সিংহ

# নঙনা ঈনাক্তা লৈরম্লবা

নঙনা ঈনাক্তা লৈবম্লবা
হবাও মোমোন মীনোক তম
নপাউখোন্না নাপদা থেং
কবিগী নাযতোম লৈনিংলূনি?

থাইন' মৈচাক্কী নুংশি ঈশৈ
তাবদা পিবাং শিম্লবিবা
নঙগা ঐগা কাযনবমদ্রবা
কবিগী ইদোম কপ্পুগনি?

আশাগী লৈবাং শাৎলম্বা
লৈনম্বা মালঙদা চুবম্বা
হাঙলবা লৈকঙলা ওইহৌবে
পূক্লীংসে নুংশিনা লৈহৌরে।

ইম্ফাল, ফেব্রুৱারী, ১৯৮১

# মল্ল' চেবাঙগী ৱাহৈসিনা

মল্ল' চেবাঙগী ৱাহৈসিনা
ঐবু অঙাওবা ওইহল্লবে
নৌব নখৃৎনা শোকপীববে
খোন্নাইদ চৈনা পীবীববে।

থৱাযনা পামজবা মবোলসে
নহাক্লা ইখিবা মযেক্লি
কোবৌ নূংশাংনা থল্লক্লে
শক্লগে ঙমজবা শুবদা
খোঙ্গেল খোম্মাংগী ইপোমদা
চৈনাগী ইনিল যাওহন্দনা।

নীংহন্নবা লৈতনা শক্লিবা
ঐহাক্কী ইশৈসে তাবগা
হৌখ্রবা ৱাবীবু নীংশীংহন
নঙগী থম্মোঈদা শোক্লববা
চেৎনা থাজনা নূংশিকুবা
মহয যাল্লে খঞ্জবগে।

ইম্ফাল মার্চ ১৯৮২

# মোমোন নোক্রো লৈনুংশি

হাযমু থম্বাল নুংশিবী
কবি পিবাং শিম্ববি?
অন্নাবা শকফম পকচদে
মোমোন নোক্রো লৈনুংশি।

ঈমায ঙান্না শাৎচবী
কোবৌ মাবু চিংনা যেং
হবাও মথোয কাবম্বী
থংলেন উদ্রে কম্পবা?

নঙসু খঙই মবালসে
ত'ইবঙ খুৎশেমপুংসিগী
মতৈ অসুম তৌবনি
মদু পুন্সি কৌবনি।

ইম্ফাল, আগস্ত ১৯৮০

ঈশৈ ওইনা লাম্মোকখিবা ডা হামোম নব সিংহ

# মরাল লৈর' মপোক্লি

অহীং নুংথিল খায়দ্রবা
নোক্লীংদনা নোক্লবা
হিংনিংদনা হিংলবা
মবাল লৈব' মপোক্লি।

ঙাল্লম্মা থাজ উদ্রবদা
কবম্না লেল্লি নোংইন নঙদি?
লৈকোলদা লৈবাং শাদ্রবদা
ৱাদবা ঙম্ববা মালি নঙদি?

লম্মৈনা মক ফংনা চাকথ্রবা
লোইবী চীংজাওস্ লেঙদবি
নাকেন থাদা কংলূববা
প্যামেল মাস্ তুম্দবি।

ইম্ফাল, জনুৱাবী, ১৯৮০

ঈশৈ ওইনা লানথোকখিবশিং দবলিযু, নিংথৌবী সিংহ অমসুং এ, সূবৰাল্য দেবী

# লির' ৱারী নীংশীংহল্লে

হন্ন' কাংলেন শান্নকবে
লিব' ৱাবী নীংশীংহল্লে।
কেগে মোইবাং মুক্লা কাঙজৈ
ঈমীৎ মাঙদা উহল্লবে।

হন্ত্রে হন্ত্রে লাউবক্লে
অৱাং লৈকায পানাগা
মখা লৈকায পানাগা
ফাদোক-ফাজীন চৈগা চৈগা।

মোইবাং ৱাবী অবিবা
থোইবী মজা ঈবেম্মা
কাঙজৈ যেংবা লাক্লরোই
ঈশানৌ নখোয যেংলবাউ।

মবৌ লৈবী থাদোইও
পাইম পূক্লীং কল্লিদা
কাংলেন খুৎশৃবু লংশিনবা
ঈকাঈথীবা পাখঙদা।

ইম্ফাল, মার্চ ১৯৮১

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবা কপ বাগ

# তামখরোকো মায়থোঙ থাজ

তামখবোকো মাযথোঙ থাজ
পাংখবোকো নোংচুপ চীংযা
ঐদি মল্লবা ফুবানি
ঐগী কন্না লৈত্রবনি।

অমুক হন্না যেংলক্লন্নু
ঐগী চীনবান নোকত্রসনু
মাঙগী ঋাবী কাউথোকখবো
ঐগী থম্মোয কপচসনু।

মীৎযেঙ মতুং ইনখ্রগে
লম্বী চৎপা অথাম্পগী
হযেং নঙগী খোঙচত্তা
ঐঙোনলোমদা ওল্লক্লন্নু।

ইম্ফাল, ওক্তোবব, ১৯৮০

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবশিং মাইবম মাইমু সিংহ অমসুং এন হীবামতি দেবী

# কনাদবুনো কৎথোক্কে খল্লিবা

কনানা মাগীনি শীংথাবিদ্রবা
নীংবা কাযবতনা থল্লবা পুন্সি
থরায হকচাঙ কেমদ্রিংমথে
কনাদবুনো কৎথোক্কে খল্লিবা?

খল্লিল্লগে অমুবা যুখলনা
তাইবঙ মীৎয়েঙ কবি পামদরে
লমজাউ খোনবা লম্মৈগী মৈবীনা
চাকশ্রসন্ লেমহৌবা অসিসু।

কান্নদরে খঙলমক্তদা
ওইখিদ্রবা লোইখ্রবা ব্লাবীবু
কবিনো হঙ্গিন হঙ্গিন খল্লিবা
নীংশীংবতনা শিম্বা ওইবিবা?

ইম্ফাল, দিছেম্বর ২২, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবা ললাম্বুং ইমো

# মালঙদা খোঙথাঙ থাংলেনে

ঙসীগী নুমিৎ ঐহাকসে
মালঙদা খোঙথাঙ থাংলেনে
পৃক্লীংসে তযাং তশোইবে
থম্মোযসু তনিক তনিক্রে।

শংবানরবা অতিযা
ঙসীগুম মযেক শেংবসে
উখিদবিনে অমৃক্ত
তাম্না উবা চীংযাদ্দী
তাবক্লি খোম্নাং লাইবেম্বীগী
শুবনা থম্মোয শুমহৎলে।

থম্মোয অনীদি পুম্লুবা
অবোন ৱাবু ফোংনখিবা
মালেমসে ঈনৌ নৌবেদো
অযৃক্তা শাৎপী থম্বালসু
কোবৌ মাবু উজবদা
তনিক তনিক খাঙজবেদো।

ইম্ফাল, জুলাই, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবা অবাম্নম যমুনা দেবী

# তাম্নাগী খোঞ্জেল

তাম্নাগী খোঞ্জেল নুংশিবা
ঐবূত্‌বা নঙনা শুমহৎপা?

ৱাংলবা- চীংজাও মথক্তা
ঈংলবা থাবল মঙালদা
ঈশানৌ নীংশীং ফন্নিঙৈ
নহাক্না পৃক্লীং হৃখিবা।

মন্নবা নোংজ্ অহীংদা
হাযফম খঙদ ঐহাক্না
নাযতোম পৃক্লীং নুংশিঙৈ
নঙগী নপাউনা শুমহৎখি।

খোযদাজৈ নঙগী ঈশৈসে
নঙশুম্না ঈশৈ শক্তুনা
মৈবানবী পূন্সি মীওইবা
মাযাগী তাইবঙ কাউসন্।

ইম্ফাল, জুন ১৯৮০

# পাৎয়াগী থাজ

ঈমায চোল্লবা পাৎযাগী
থাজগুম নীংথীজৈ নহাকসে
নঙনা ঈমাঙদা নোক্লিবা
কযাদ ফজৈ মালেমসে।

থ্বাংলবা চীংদোঙ্গ মথক্তা
নঙগা ঐগা লেপখিবা
থ্বাংমগী চীংদোঙ্গ লৈচীল্লক্তা
থম্মোযনা হবাওনা শান্নখিবা
নীংশীংদবা ঈশানৌ?

ঐ খঙই নঙ থ্বাবে
ঈতূং ইনবদা চোকথবে
খৌগংলুববা নুংশিবা
থম্মোয চোন্না পূবক্লে
থ্বাকবনু ঈশানৌ।

ইম্ফাল, এপ্রিল, ১৯৮১

# নঙনা চৎপা মফম খূদীং

নঙনা চৎপা মফম খূদীং
চৎলূ ঐবূ পুবদূনা
নঙগী য়াব' মীৎকূপ খূদীং
ঐবূ পন্দনা কৌবকউ
অসি নত্তবা চান্নকবা?

চান্ন-চিন্ন হাযবসে
থম্মোয অনী খঙনবনি
নঙগী থম্মোয খঙলগে ঐ
ঐগী থম্মোয খঙলো নঙ
নঙগী লেঙদ মরুপ্নি ঐ।

লিবি মালঙনা হুন্নদা
শন্নাঙ চোইনা তাবকপা
নঙনা মোমোন নোক্লকপা
ঐনা কাইদ যেংজবা
নূংঙাইজেনে ঐহাক্লা।

ইম্ফাল, ওক্তোবব ১৯৮২

# হাঙলবা থম্মোয় অতিয়াদা

হাঙলবা থম্মোয অতিযাদা
যেংবা নত্তনা কবিনো?
অযূক্কি হাযবা খঙদবে
নংদাংনি হাযবা কাউখবে।

নকুবম্বা মতম অমা
ঐবু মানা খঙলিগদ্রা
ঈপাঙ যাওদনা ইতোম্মত
পোৎথাফম খঙদনা লৈবিবা?

অসিবা নকুবগী অবাম্পা
অসূন্না অসূম লাপ্লখিবা
মপাউ তাবা ফংখিদবা
নকুবম্বা মতম অমা?

ইম্ফাল, ফেব্রুবারী-, ১৯৮১

# থম্মোয় মাদনি মাঙখিবা

থবানমিচাক তশুপখিনি
নুমিৎ থাসূ ঙানখিগনি
মালঙ চিরোল লাকখিগনি
থম্মোয মাদনি মাঙখিবা।

শাংল' বাবী লোইশিনখরে
থম্মোয যেন্নীং চোংখিদরে
শুমহৎ মীনোক উখিদরে
লেপ্ত' ঈচেলসূ লেপখবে।

তান্ন' লমদমদা নোক্লুরো
ঐবূ অমুক তাহল্লনূ
ঐগী থৌনা মাঙহল্লনূ
ঐগী থম্মোয চোকথববা
পূন্সি খোঙলোয ওইজহৌগে
পাঙদ্র' ঐগী খোঙথাঙনি।

ইম্ফাল, সেপ্তেম্বর, ১৯৮২

# তামখ্রবা চেংলৌদো নীংশীংবা

তামখ্রবা চেংলৌদো নীংশীংবা
মহৌশায তাইবঙ লীচৎলা
ফংলরোই খঙলবা পুন্সিবু
কবিগী তত্তনা খল্লিবা?

মঙলুবা পুন্সিগী মঙলান্দো
লেম্পা লৈতনা নীংশীংলি
কাউগে হাযনা খল্ল'সু
লাক্লরোই হাযবা খঙল'সু।

চেল্লিবা পুন্সি ঈচেল নঙ
নোংদম্বা মানা তম্বনি
তোৌবেনুংদা তিনখরো
মালঙগী ফৌরোই ইনখরো।

ইম্ফাল, দিছেম্বর, ১৯৮০

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবশিং খোঙাম ইবোচৌ সিংহ অমসুং এস, বি সিংহ

# ঈংলবা লীক্লা

ঈংলবা লীক্লা তাবক্লে
কোবৌগী মঙাল মেঙলক্লে
তাল্লবা চীংশ্যাং শংমূনবে
নিংথম কুমওন থুংলবে।

নুমিদাংবাইগী মতমদা
লোঈযাগী বাপল মখোঙদা
ঙাঙলৈন' মশেক যৈববে
মেঙলবা মচুনা শঙলরে।

হঙ্গাম-মপাল ঈনবী ঈচনশিং
সনাবুল খুত্তা পাযদূনা
লৈকাযগী পৃথ্বী অচৌবা
ঈশীং শোকফমদা যোন্নরে।

কুমগী পূক্তৈ পৈশিল্লে
খুঞ্জা অহলশিং পোৎথাজবে
লেপ্তনা নোম্বসু যাওবিদো
বাকচীংগী গুলাপসু শাৎলিদো।

ইম্ফাল, দিছেম্বর, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবা কৈশাম হেরামনি সিংহ

# নীংশীংলক্রে নঙগী ঈশৈ

লাক্রে ঙসীসূ নূমিদাংৱাই
নীংশীংলক্রে নঙগী ঈশৈ।

শক্লবোই ঐ অমূক হন্না
খোযদাজবা নঙগী ঈশৈ
মমি অসূম শামখ্রবা
ময়েক শেংঙূ যাদ্রবা।

কযন' চৈথেঙ পাল্লবনি
খোঙফম অমূক হল্লিল্লগে
নঙঙোন্দা হাযগে শেমজক্কবা
ৱাহৈ পূম্বা কাউখ্রগেকো।

নক্লা নক্লা তিন্নবম্বা
কযা যাম্না লাপ্লখ্রবা
নঙনা তোযনা ওইনবম্বা
হৌখ্র' ৱাবী ওইহৌববা।

ইম্ফাল, দিছেম্বর ১৯৮১

ঈশৈ ওইনা লাম্মোকখিবা খোঙাম ইবোচৌ সিংহ

# ননাই থরায় ঈংজরে

ঙসী যোল্লবা ঐহাক্লা
তাইবঙ মপু নকাদা
পাওমেন্নবা ঙমজবা
ননাই থরায ঈংজরে

ফাঙমদ্রবা থম্মোযগী
মীনায যোঙ্লিং কোকচরে
অরা মৈশা মৈবীলক্তা
মোমোন নোকপা ঙমজরে।

মীনুংশি খঙদ্র' বত্লাকববু
নঙগী ননাই ওইহনখি
তোল্লবা ননাই ঐবুসু
পীনবিরো নঙগী থৌজাল।

ইম্ফাল, সেপ্তেম্বর, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্বোকখিবশিং শগোলশেম তিজেন্দ্র সিংহ অমসুং এ বিনোদকুমারি দেবী

# নুংওনবা নঙসে হাকমল্লি

নুংওনবা নঙসে হাকমল্লি
নুজাবু কবি' ওৎলিবা?
মাঙখৱে কৈদা নুজাগী
মহৌশা ইতৌ নীংতম্বা?

মঙলানগী মঙলান ওইখৱে
ৱাখলনা তবঙদা তাউখৱে
পলেমগী পাখোন তুংইঙ্গ
নোংমগী শিম্বা মাঙওইন'
হাইনা হুন্না লেঙ্গবম্বী
ঙসীদি করি ওইববা?

পাঙথোকচাম্বা লোযযৃম্বা
করিবু মতৌ কৌবনো
নুজাগী থম্মোয লৈতাহন্দে
থম্মোযনা থম্মোযবু থঙবীদে
কনাদা কবি অম্রুনি
কবিবু ঐনা হাযকনি?

ইম্ফাল, ফেব্রুৱারী, ১৯৮২

# থৌজানবিযু তোল্লবীবু

থৌজানবিযু তোল্লবীবু
নুংশিবিযু লাঈববীবু
উপায লৈত' চঙজবিবী
নুংঙাইবা থিবা নৎচদে ঐ।

চৎচগে অচুম্বা লম্বীদা
তাকপীযু লম্ফাঙ যৌবদা
চিংবিযু ঈখূৎ পাযদুনা
ত্তিলহনবিযু নঙঙোন্দা।

লেঙশীনবিবো চীনবান্দা
শকহনবিব্রো নগূনবু
উহনবিবো নঙালবু
চঙজবকপনি ননাক্তা
পীনবীব্রো লৌশিং মৈবা।

ইম্ফাল, সেপ্তেম্বর, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবী এ বিনোদকুমাবি দেবী

# মেরা থাগী মৈঙাল্লক্তা

মেবা থাগী মৈঙাল্লক্তা
হৌখি ৱাবী নোক্লা নোক্লা
নোংজুথাগী পিবাংলক্তা
লোইশিনখ্রে কপ্লা কপ্লা।

চলহনখবে লৈবোন্নুংদা
ওইখিদ্রবা ৱাবীশিংদো
লেম্পা লৈত্রি চৎলুবদি
ইদোম তৃমীন মফমদুদা
অমুক হন্না উনিংবগী
আশা কযা পুবদুনা।

ঙাইজবনি নুমিৎ থূদীং
ঈচীক হনবা থাবল্লক্তা
কৈদৌঙেনো লোইগদবা
হৌখ্র' ৱাবী নীংশীংবসে
তাকপীবকউ নোংমত্তসু
অদুঙৈগী খোঞ্জেলদুদা।

ইম্ফাল, নবেম্বর ১৩, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লানথোকখিবশিং সনাতোন শর্ম্মা অমসুং থৌনাউজম ইবোযাইমা সিংহ

# ঈমা লৈবাক্কী নোংপোক্তা

ঈমা লৈবাক্কী নোংপোক্তা
ঐখোয় ঈচীল ঈনাওনি
তাংখুল, নাগা, কূকি মৈতৈ
মিজো, গাবো, খাসি, আদি
মপাবী পাম্বোম চাউবক্নে।

ঈমা অমত্তগী মচানি
মৈহৌরোলগী রাবীনি
শাগৈ নাতৈ মশেলনি
চারৌ মৌবৌনবনি
লৌশিং মৈবা থাল্লক্নে।

ঈমাগী খোঙঙাকপা ওইবিবা
ঐখোয় মশেল খূৎশন্ন
লিংজেল মান্ন' লীচীংনা
ঙসী ঈমাগী পোইবৈসে
মৈঙাল অমা থানগৎলশি।

ইম্ফাল, আগস্ত ৬, ১৯৮২

ঈশৈ ওইনা লাম্মোকখিবা আব, এম, ছী গী ছাত্র ছাত্রিশিং (নহাবোলগী খোঞ্জেল থৌবমদা)

# হায়নৈ হায়না হায়বা নত্তে

হাযনৈ হাযনা হাযবা নত্তে
মদোম থম্মোয পাউদমখোন্নি
চৎলে নঙবু ছন্দোক্রম'
পোইবৈ কৈদা চৎনি খঙদ'।

কল্ল' তাইবঙগী মীৎযেঙলক্তা
থাঙহৌবো নঙসু থাইন' মৈশা
ঐসু পোৎথাফম যেংলুবগে
তাইবঙ যাইফ থিরুবগে।

কবিগুম্না মতম অমা
নঙগী কন্না লৈত্রে খন
নঙনা ঐবু কৌবরুবা
ঈখোঙ থোংনা লাক্কে ননাক।

দিছেম্বর, ১৯৮২

# করিগী নহাক্লা শক্লোৎলি

কবিগী নহাক্লা শক্লোৎলি
কবম্না ৱাখলনা ঈনশীনবনো
চন্না হিংজবা ঐঙোন্দা
কবিগী মিপাইবা পোকপনো?

ইবালবু কবিনো হাযবম্মু
থঙজনীংলি পাউথুম'সিমা
নোংমত ঐহাক্লা ৱাকত্তে
পুন্সিগী ঈচেলসু থিংলুদে
থাজগী মহৌশা খোঙচৎপু
নোংইন্না লেপহনবা ঙম্ববা?

ঐহাক্কী ইবাল হাযববু
নহাক্কী শম্লাঙ মনমদো
থম্মোযদা চুদুনা লৈহৌরে
লোইদাম কযা হৌখবে
মনমদো কোকপা লৈত্রবে
মদুসু নঙঙোন্দা হাযজদে।

ইম্ফাল মার্চ, ১৯৮৩

# নঙনা চৎখিবা নুমিত্তগী

নঙনা চৎখিবা নুমিত্তগী
পিবাংত শিদ্ধ' লাকখিবনি
লৈজবা থৌনা পুথোক্লুনা
ঙসীসু ঐহাক হিংলিবনি।

ঐদি থল্লুই অসূক কুইবসে
নঙদি হবাওনা হিংলমগনি
ঙসী উকবা নুংশি নঙনা
অৱাবা শক্লোন পুবল্লে
কবি মৈশাবু লাংলিবা?
নঙদি নুংঙাইনা চৎখিবনি।

নঙনা ঐবু কবিগুম্বা
কবম লেল্লি হংলল্লবা
ঐনা চিংনদ' খুল্লমগনি
ঐ নুংঙাইনা লেল্লি হাযনা।
নঙগী পিবাং উকবদা
ঐগী পিবাং লোৎঙমদবে।

ইম্ফাল, সেপ্তেম্বর, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্বোকখিবশিং থোঙাম ইবোচৌ সিংহ মাইবম মাযমু সিংহ অমসুং নিংথৌজম ইবেযাইমা দেবী

# চীংয়া লম্বী মচা

শজীবৃগী অযূক অমা
চৎমীন্নখি নঙগা ঐগা
চীংযা লম্বী মচাসিদা
ঙসী চৎলি ইদোম ঐনা।

কাওজেঙ হাবৌ কযা কযা
ঈশৈ শকখি হবাও তযাম
নঙনা নোকখি শুমহৎননা
ঐনা যেংখি তুমিন তুমিন।

অদুঙৈগী খোঙ লম্বী
নৃংজাও নৃঙ্গায ঙাক্তা ঙাযবে
মতমদুগী অশং-অমান
ওনখিবল্লে চবোৎ হাবুং
লেপ্লি মখোয কপ্লিবগুম
নুমিৎ অদো নীংশীংবগুম।

ইম্ফাল, জুলায, ১৯৮৪

# লৈরম্মুকো ঐবু ঙাইনা

লৈরম্মুকো ঐবু ঙাইনা
ঈথৌ লাংলে হল্লক্লগে
পোৎথাহল্লো থম্মোয অসে
শুমহৎপী নঙগী মীনোক্নুনা।

ঙবাঙ অহীংগী মাঙলান্দা
নুংশি নঙবু উবম্মিনে
শল্লাঙ চোইনা তাবদুনা
অরাবা শক্লোন পুবম্মিনে
ঐস্ কপখি অহীং থেঙনা।

ঐগী রাখল লাঙতক্লরে
মশেল মবাঙ মবকসিদা
নঙনা লেপ্লি ঈমাঙসিদা
ঙাইবমখোকো রাববস্
রাবীনসি থম্মোয থন্না।

ইম্ফাল, এপ্রিল, ১৯৮৩

# পিরাং তাহল্লোই ঙল্লক্তরে

পিবাং তাহল্লোই ঙল্লক্তবে
ঘৌনা লৈত্রবে ঐগী থম্মোয
লেম্পু যাদ্রবা পিবাং নঙনা
ঐবু পোৎথাবা পীরোইদবা?

অমুক উববোই খল্লুববা
ঙসী কৈদ্গী উকবিবা
মাবু উহল্লোই ঐগী পিরাং
কপ্লো থম্মোয হৌজিক পেন্না।

মতম অমদি ঐগী নাক্তা
ওইনজবম্মি নুমিৎ খূদীং
নুংশি কন্নাগী মফল্লাংদা
ওইনজবিবা মানা ঙসী?

ইম্ফাল, সেপ্তেম্বর, ১৯৮৩

# শোক্লবা থম্মোয়গী চৈনাখোল

শোক্লবা থম্মোযগী চৈনাখোল
কন্নাগী নাপনা তাখিনি
পীবনু মীৎচীগী চৈথেঙদো
তাইবঙনা ৱাবীনখিনি।

ইদোম তুমিন শোলহৌবে
থাজ নোংইনগী মপোক্লি
পাঙদ্রবা ঐহাক্কী থৱাযনা
ঙম্নরোই হন্দক মপোক্কী
চমজবী নহাক্কী নফম্নাং
নুংশিগী পোৎথা থাকবা।

থাবলগী শেংলবা নামীবা
কাইদ' কাইদ' হুম্নরে
মীচীক মীবাওখোল তাদরে
হাঙলবা চীংযাগী লৈকোলদা
খোঙ্গেল ৱাংনা ঐহাক্লা
কৌবি নঙবু নুংশিনা।

ইম্ফাল, নবেম্বর ২৫ ১৯৮৩

# ঐ হিংলুবগী করিবু কান্নে

ঐ হিংলুবগী কবিবু কান্নে
চন্দ্রমুখিনা সূর্যমুখি ওনখ্রবদা
থম্মোযবু ইংহনবা চন্দ্রমুখিনা
থম্মোযবু চাকথেকপা সূর্যমুখি ওনখ্রবদা।

থাবল ইপোল্লক্তা নুংশি মীনোক তল্লা
ঈংনা চীক্লা শাৎচবী চন্দ্রমুখি
ঙল্লবোই অমুক সূর্যমুখিনা
চন্দ্রমুখি' মত্রৌ তমজকবা।

শাববা কালেনগী যাক্লবা নুংশাদা
নাপল চাউনা শাৎপী সূর্যমুখি
মনাক্তা লৈবগা মিপাইবা পোকই
সূর্যমুখিনা চাকখিদবা।

ইম্ফাল, জুন, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবা শামুবাইলাৎপম নব শর্মা

# ঈশানৌ নঙবু ৱারবরা

ঐগী ঈতুং ইনবসিবু
ঈশানৌ নঙবু ৱাববৰা
চেংলৌ শক্তম ৱাজববী
হান্নগুম যেংবা ঙম্লক্তবে।

মল্লবা লম্বীদা লাকমিন্নবা
সহব যৌগেদি থঙ্গবনি
ঈযৃম্নু অমুক হল্লদবা
পম্মুংবু যৌনা চৎখিদবা?

নুঙ্গাযলক্তা চৎপসিদা
নখোঙ থাংবসু ৱাবমাল্লে
ঈখৃত্তা মৈবা পাযজবম্না
কবন্না মৃৎখিবা খঙহৌদবে।

ইম্ফাল, ওক্তোবব, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবা দা হামোম নব

# কনাগী অৱাবা ঈশৈ তারগা

কনাগী অৱাবা ঈশৈ তাবগা
কবিগী নীংশীংলি নঙবু ঐনা
কনাগী খাইন মৈশা উবগা
কবিগী কপ্লি নৌহৌনা ঐনা?

পিবাংগী ৱাবী লীশাং পবেং
শিম্ববি তত্তনা হঞ্জিন হঞ্জিন
লোইখিবা তাববা পিবাং নঙনা
লোইখিনি পাম্মূই ঐগী ৱাবী
লেপখিনু পিবাং লেপ্তনা শিন্নৌ
লৈকংলা ওইহৌনি ঐগী মীৎলু।

কপ্লুবা খুদীং ইদোম নীংজৈ
খবদং কাউখিবা ঙল্লদবা
ঙসীনা হেন্না মৈচাক পীবি
কপ্লগসু থম্মোযনা পেঞ্জৈ
লেপখিনু পিবাং তত্তনা শিন্নৌ
লৈকংলা ওইহৌনি ঐগী পুন্সি।

ইম্ফাল, দিছেম্বব ১৯৮৩

# অহীং তাংলৌ অথেঙবী নঙনা

নূপা অহীং তাংলৌ অথেঙবী নঙনা
কবিগী ঐবু তূমহন্দ্রিবা?
নীংশীং লংলা পুথোল্লন্‌
লোইবা নাইবোই হন্দোকপদা।

নূপী ঙসী নুমিৎ কৌবদগী
থম্মোযনুংদা লাৎচবগে
খাঙভূথক্তা লৎনবিনু।

নূপা মাগীদমক নিথ্রবদাই
পুন্সি চূম্পা যাইফনবা
মদূনসু পেন্দ্রিববা
কবি ৱাবী লৈহৌবিবা?
নীংশীং লংলা পুথোল্লন্‌
লোইবা নাইবোই হন্দোকপদা।

নূপী ঙসী কৌবা নুমিত্তগী
থম্মোযনুংদা লাৎচবগে
খাঙভূথক্তা লৎনবিনু।

নূপা নুমিৎ থূদীং নীংশীংখিনি
অহীং থূদীং কপখিগনি
ঙসীনা লোইবে থল্লুগনু
ৱাবে ঐহাক পোৎথাহল্লো
নীংশীং লংলা পুথোল্লন্‌
লোইবা নাইবোই হন্দোকপদা।

ইম্ফাল,, জানুৱাবী, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবা শ্রুতি সঙ্গম (থা অসিগী ঈশৈ) (দা হামোম নব অমসুং ৱাই, বিলাসিনী দেবী)

# নঙগী পুন্সিগী লূরবা ঈচেল

নঙগী পুন্সিগী লূববা ঈচেল
নৈখাইজনিংদে ঈখূৎসিনা
অদুনি ঐনা তুমিন লৈবিবা
শোঙ্জবা মঙায ইতোম্মত।

নহাকথক্কী কেল্লূববা
নীংঙমদ্রবা ঐগী পুন্সি
অমুক নৌনা শাগৎলগে
খঞ্জকবনি হঙ্জিন হঙ্জিন।

হোৎনবা খূদীং কান্নহন্দ্রে
কৈদা চৎখ্রে ঐগী থৌনা
পুন্নমকসি নঙনা নত্তবা
নঙনসু তাবগা নুংঙাইববোই।

ইম্ফাল, ফেব্রুৱাবী, ১৯৮৩

# ফূঙ্গনা চুবা নোংজুসিদা

ফূঙ্গনা চুবা নোংজুসিদা
নঙবু নীংশীং চৎলুখিগে
নোংলীক্লা ঈমাযদা চাল্লগা
মৈচাক কোকপবা যেংলুখিগে।

তেংথাকগে নাযতোম পুন্সি
কন্নানসু উদনবা
তান্নবা খাংপোক মনুংদুদা
কন্নানসু তাদনবা।

নুংশিবগী ঈথক ইপোম
ঐগী শকক থুংলমদরে
নীংশীংলুবা খুদীং
অন্নাবত মওইবরে।

ইম্ফাল, জুলাই, ১৯৮৩

# লৈজবা 'পূম্বা মাঙখ্রবদা

ঙসীত লাক্লি ব্রাখল লমজিং
লৈজবা 'পূম্বা মাঙখ্রবদা
কবিবূ কান্নে হৌজিক্তদা
ঙন্না পূম্বা লোইখ্রবদা।

ঐনা লেল্লিবা পূন্সি মরেল
নঙগী পেঙ্গদবা ওইবদবা?
অবাম্পদা চৎচখিগে
নঙঙোন্দা অযেৎপা ওইদনবা।

পূন্সি হিমায চূমথোকপগী
মতম যাম্না হেঞ্জিনখবে
পূনিংবা মাযকৈ পূবসনূ
নৌহৌনা অমক খাম্নিংদবে।

ইম্ফাল, ওক্তোবর ১৯৮৩

# নঙ ঐগী পুন্সিগী ওইনা

নঙ ঐগী পুন্সিগী ওইনা
যাইফবা ওইগনি খঞ্জদুনা
চৎলুবে লমদম কয়া কয়া
নঙবু কাউবা ঙম্নলা।

চৎপমখে চৎলুবগা
অনা হাঞ্জাল্ল নঙগী নীংশীংবদা
হোৎনবা পুম্বা অবেম্বা ওইহল্লে
অসুম হিংলগে নঙবু নীংশীংনা।

কবম্বা মখলগী থম্মোয়নো হঙদে
লোৎকদবা ৰবীবু লোৎঙমদ্রবা
হোৎখ্রবা ৰাবীনা মৈবী থোক্লা
চাকথেকপিবগা নংঙাইজবিবা।

ইম্ফাল, ফেব্রুৱারী, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবা নেত্রা শর্মা

# নঙগী নরালনি হায়দে ঐদি

নঙগী নবালনি হাযদে ঐদি
নুংশিবগীবু মবাল লৈববা
অদুঙৈগী ঈথক ইপোম
নুংশিবগীবু নৎখিদববা?

মীৎযেং পোইবৈ অনকপদা
উবি নঙবু নুমিৎ খুদীং
কদায নঙগী মহৌশায মীনোক
মাযথোঙদুদা উখিদবে
কযা যাম্না তামখ্রবনো?

ৱাবী 'পুম্না লোইখ্রবদা
ঙসীমকসু ৱালৌবিববা
লংজখিবা ঐগী ইবাল
খন্দুনত লৈবি ঐনা
কযা যাম্না তোনখ্রবনো?

ইম্ফাল, মার্চ, ১৯৮৩

# নীংখায়রে ঐগী মালেমদি

নীংখাযবে ঐগী মালেমদি
পীবন্মা চৈথেঙ কনমল্লি
নুংশিবগী তাইবঙ পল্লনু
মৈবীগী মৈথূ ঙাক্তনি।

মীৎলূদা পিবাং শীলহনবা
তাঙলবা থূদোল অসিনি
মহাক্না ঐবু পীবন্মা
ঐগী পুন্সিনা ফংহৌবা
মিপাইবে ঐদি নুংশিবা।

পিবাং অমুক তাহল্লবোই
শোম্ববা থম্মোয থল্লবোই
নোংফাইগী পুন্সি ওইবসনু
লৈজবা থৌনা পুথোক্লগে
চিদাইদা লাপ্না লৈজবগে।

ইম্ফাল দিছেম্বব ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাপ্নোকখিব শঞ্জেনবম বঙ্কিমচন্দ্র সিংহ

# লৈচীল নোংফাইগা পামেল উশাগা

লৈচীল নোংফাইগ পামেল উশাগা
অনীংবা কুপ্পুবা চীংজাউ লোলংনি
ঋতু মবিণী মচু কযানা
লৈতেংনবীনি ঈমা মণিপুব।

নোংঙু অমুক্ত মীংযেং পোইবৈদা
কযাদ গুমহৎলিবা মতৌনো"
ঈংলবা লাইজলা চাম্লবা চীংযা
লোইবোইনা ত্রমখিবা শংবান তমযা
ঈথৌ লাংজবা তমপাক্কী লমদম
অশংবা ফৌনানা লেং লেং হাইবিবা।

লাইজ ইপালবু লাংজনিংবা
মাযকৈ মবিগী চেক্লা কযানি
নংশি লম্লেন্দা চাক্তোবিবা
চীংজুম লাইজবু থকচবিবা
যেংশি ইতিহাস যেলহৌঙেগী
খোঙ্গুল লীবসি ঈপা ঈপুগী।

ইম্ফাল, আগস্ত, ১৯৮৩

# ঈশানা ঈশাবু চৈরাক পীরগা

ঈশানা ঈশাবু চৈবাক পীবগা
বাজবগত পেঙ্গবি ঐনা
পন্দোম্লি ঐগী নীংঙমদবগী
ত্যাগনি ঐগী নুংশিকবগী।

ঐনা খঙবি মতম খুদীংদা
ঐনা ৱাবগা নঙনা নুংঙাইবা
পম্বং অসিতং নিজবি ঙসী
হৌনশা ওইবমাল্লে নুংশিকবগী।

মীৎলূদা পিবাং শিন্থববস্
নোকপা তল্লে চীনবান্দা ঐনা
চীংযা তমযাদা কোযচৎ চত্তুনা
নমিংত শোল্লগা নংঙাইবা ঙল্লি।

ইম্ফাল, ফেব্রুবাবী, ১৯৮৩

# ঐগী লেংজুমদা ঙারদুনা

ঐগী লেংজুমদা ঙাবদুনা
নঙনা ঐঙোন্দা যেংখিবা
নোংদোলথক্কী থাজনা
ঐগী লেংজুমদা ঙানখিবা
ওইহনখি মঙলান অহীংদো।

তুবেল খোঙনূং লৈঙোঈথক্তা
নঙনা ফমখি ঈনাক নক্লা
নঙগী থৃংশা তনৌবীনা
থৃবান্নৃংশিদা থল্লদুনা
থাজবু যেংনা নোকমীন্নখিবা।

চীনবান্তগী মীনোক্লি নঙগী
থাবল ঈচীক কাযহনখিদে
লোম্লোক্তবা ৱাখলনি ঐগী
থঙ্জখিবা তযাং তশোইনা
অহীং চূম্পা ফম্মীন্নখিবা।

ইম্ফাল, নবেম্বর ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবা এল বসন্ত

# ঙরাঙ অহীং

ঙবাঙ অহীং নঙগী রাখলদা
মীৎকপ অমা তৃষ্ণা যাখিদে
ঙসী অযুক নোংঙাল্লমদাই
মীৎশেল থাঙবনা পেল্লকখিদে।

ঙাইহাক পুঙ্গোয পোৎথাজবা
ফংগদবা খল্লদুনা
থোক্লকখি মপাল ঈমুংদগী
থোঙগী পৌবোল হাংদোক্লনা।

অযুক্কী লাইবেগ্নী মাসু
লীক্লাগী পিবাংনা শীল্লমই
পুঙমখিদে থম্মোয ঐগী
থিংঙমদ কপখি নৌহৌনা ঐনা।

ইম্ফাল জানুৱাৰী, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা শানথোকখিবা ললাম্বুং ইমো

# নঙনা নুংশিববু মমল নাইহল্লে

নঙনা নুংশিববু মমল নাইহল্লে
নঙনা নুংশিববু পৈশানা লৈহল্লে
মিহৌ চাউবী হাযবা মিঙৌ অসে
কৌনীংদ্রবসু কৌবগে নঙবু।

সনাগী গল্লাবু কবিগী পাল্লিবা
লৈহাও ব্লাত্তবনি মালেম লৈমাযসু
পোক্লল্লবা ঐনা যাইফকোলদা
শাৎহল্লম্লোইদ্রা নঙবু মণি মুক্তোলক্তো?

নঙবু তাদ্রিববা অনীবা ব্লাবীশিং
নুংশিখিবা নত্তে যাইতোং খমদোংবশিংক্না
নুংশিবা মখলসু অনী শুখিদে
অশেংবা অচম্বা অমখক্তনি।

ইম্ফাল, সেপ্তেম্বর, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবা কৃষ্ণবিহারী শর্ম্মা

# অহীং তাংলৌ থেঙল' মতম

অহীং তাংলৌ থেঙল' মতম
ঈমীৎ অনীসে উইশিল্লু যাদে
নঙগী ৱাখলনা থম্মোযসি থল্লি
অহীংগী ৱাবী পিবাংনা লোইশিল্লি।

থন্দুনা লাক্লি, ঙসীসু থল্লি
কবিগুম্বা তানফম অমনা
নঙ ঐ 'অমুক পূবকখিনি
হান্নগুম্না নকশীন্ননা।

ফোংদোক্কে থনবা হাযহৌদ' কযা
মতম লাক্লগা হাযখিনি থল্লি
ঙসীদি কদায কৈদনো নঙনা
মৈশা লাংগনি কিবববা?

ইম্ফাল, আগস্ত, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লানথোকখিবা ৱাই, বেনুবালা

# হাদ ঈতা শিরোই লিলী

হাদ ঈতা শিরোই লিলী
নতা ঐবু থাদোক্লমগনু।

লাক্লমই নঙনা ঐগী মঙলান্দা
মীৎলু পিবাংনা থুমহৎলদুনা
থাবল ইপোমলক্তা লেপ্লদুনা
থাদোক্লনি হাযবমই শিবোই চীং
অতিযাদা তিনখি ঐগী ৱাহঙনা।

নঙগী হৌবকফম শিবোই নাপোম
থাদোক্লীংলিবা কবিগীনো
নোংদোলথক্কী লৈচীল মপৈনা
নঙবুত যেংনা লৈজবম্বা
কনাবু যেংদুনা লৈহৌগনি?

উনবু পুবা লৈচীল মপৈনা
লৈবাংগী অৱাবা খঙবীদ্রবসু
লাকখিনি নঙগী কুমগী নোংখোং
শাৎখো শীঙেল নবূক্লীং পেন্না
লাক্লনি মাঞ্জ কালেনগী কোবৌ।

ঈম্ফল, এপ্রিল, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবা ৱাই বেনুবালা

# ঐনা য়াওবা ঙমজদ্রবা

ঐনা যাওবা ঙমজদ্রবা
নঙগী নুংঙাইবা পুন্সি শক্লোন
কবিগী ঐবু উৎনীংবনো?

পুন্সিগী ৱাবী কদাযদনো
অচুম্বা মাযকৈ শোযনখিবা
ইদোম তুমিন থঞ্জবদা
লৈজবা পুম্বা মাঙলবনি
কবিগী অমুক নীংশীংহনবনো?

থম্মোযগী অকনবা লানফমদা
অশোনবা ঐনি মাযথীববা
ঐবু খোঙ্গোঈনবীবগা
খোইনা হেন্না নোকপীবিবা
কবম্বা নঙগী অপেনবনো?

ইম্ফাল সেপ্তেম্বব ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্মোকখিবা কে, কান্ত সিংহ

# ঙসীসু তারি নঙগী নপাউ

ঙসীসু তাবি নঙগী নপাউ
নঙসু হিংলি খঞ্জবনা
পোৎথাবা ওইবি ঐগী পন্সি।

তত্তনা শোঞ্জে ইদোম ঐনা
নুংঙাইবমগনি নঙগী পুন্সি
খন্দবা ঙমদে অমুক অমুকসু
অৱাবা কবি লাক্লিগবা৹

খঙই, নঙগী অনৌবা পুন্সি
অৱাৎপা লৈবোই খুদীংমক
অসীমক্তদা খল্লি ঐনা
নতেঙ পাংলমগে ঙমজবা ঐগী
অসিমত্তং খনবা ঙমজবনা
পোৎথাবা ওইবি ঐগী পুন্সি।

ইম্ফাল, দিছেম্বর, ১৯৮৩

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবা অহৈবম শ্যাম সিংহ

# করিনো ঐহাক লৈফম খঙদ্রে

ঙসী নুমিৎ নঙ লাক্লি হাযনা
তল্লমই ঐঙোন্দা নত্তাবোইনা
হাযবমই নঙগী মাযথোঙ লাংশিল্লে
কবিনো ঐহাক লৈফম খঙদ্রে।

কবম্বা মৈশাবু লাংলিগবা
নহাক্কী অনৌবা পুন্সি খোঙচৎ
থম্মোযগী শান্তি ফংদ্রববা
মহৌশায মীনোক্তো নোক্লববা
পোৎথাফম খঙদ্রে হংনিংবনা।

নঙগীনি ঐহাক্না নিজখিবা
লৈজবা থবায হকচাঙসিনা
নির্জখিবা লোইনমক্তুবু
অবেম্বা ঙাক্তবু ওইববা
পোৎথাফম লৈত্রে খঙনীংবনা।

ইম্ফাল, দিছেম্বর, ১৯৮৩

# হা চেক্লা অপিশক

হা চেক্লা অপিশক
কনানো নঙনা ঙাইবিবা
চীক্লবা লমহাং অসিদা
নপাঙ কনা যাওদনা?

খনবগুম মাল্লি অমুকসু
লাক্লবোই থবায মহাক্তো,
তাল্লবা লমহাং অসিবু
থাদোক্তবা কবিগীনো
কনানো নঙনা ঙাইবিবা?

ঈঙাগী নোংজু অকনবা
মিপাইবা লৈতে নহাক্লা
ব্লাকচীংগী উলেনলক্তসু
তুমিন্না তাশীন' ফল্লিবা
কনানো নঙনা ঙাইবিবা?

দিছেম্বব, ১৯৮৩

# ঐ করি অমুক হায়খোগে

ৱাববা ঐগী ঈমাঙদা
ঙসীসু নঙনা লেপ্লৱে
মহৌশায' মীনোক নোক্লৱে
ঐ কবি অমুক হাযখোগে?

হাযগদবা ৱা হাযখবে
নৌহৌনা অমুক হোংলবোই
নঙবু নুংশি হাযবা ৱা
ঙসীসু অমুক হাযখিনি
ঐ কবি অমুক হাযখোগে?

যাবে বিদাই হাযবনু
নীংশীংহৌবি নঙগী নুংশিবা
তাইবঙগী পুন্সি লম্ফাংনি
নঙগী লম্বীনা অমনি
ঐ কবি অমুক হাযখোগে?

ইম্ফাল, দিছেম্বব, ১৯৮৩

# হাপত্রবা ভীক্ষা নিরুবনা

হাপত্রবা ভীক্ষা নিরুবনা
কবিবু কান্নে পুন্সিসিদা
লোইববা ৱাবী লীরুবগা
কবিবু কান্নে থম্মোযসিদা?

ঈকাযবা পূম্বা থাদোক্লুনা
নিবনা থৌদাং ওইরুববা
থাক্লনু ঐবু ঙাইখো হাযনা
কৌবনু ঐবু খোম্মাং যৈনা।

ঐবু অমুক শুমহৎলনু
হক্লম্বা নুংশি মযেকশিংদো
থম্মোযদা অসুম লৈবসনু
পিবাংনা শীন্না চোৎলসনু।

ইম্ফাল, মার্চ ১০, ১৯৮২

# পিরাংগী ৱারীসে লীররোই

পিবাংগী ৱাবীসে লীবরোই
পুন্সিগী চৈনাসে ফোংলবোই
হংলরোই, ৱাহংসু খুন্নবোই।

মালেমগী যেনীংবু উবগা
লোম্বোক্ত তূমীন্না থাঙলগে
থাবলনা অহীংদা ঙাল্লগা
অচীকপা মফমদা কপ্লুগে।

নুংঙাইবা পামজবা তাইবঙনি
ৱাকৎসে কন্নাসু তবীবোই
নাযতোম তববা কন্নাবু
কন্নানা হন্নসু যেংবিব্রোই।

ইম্ফাল, জানুবাবী ১৮, ১৯৮২

# থাউমৈনি ঐনা চূখৎচরুবা

থাউমৈনি ঐনা চূখৎচরুবা
চাকখবে ঐগী লৈজবা 'পৃস্বা
লৈতবে কনা ঐগীনি হাযবা
হূবু ঐঙোন্দা পীথক্লোগবা।

তমথিবা নোংলৈ নুংশিৎ অমনা
কল্লবা ইবৈ ঈযায অমদা
ইথন্ত নাযতোম হুন্দোকপিবম্লে
তোর্ব্বানগী চাংজৌ উঙম্লক্তবে।

ঐগী থাজবা মাঙখবে তাইবঙদা
লৈতবে ঐগী মরূপ মপিজা
থম্মিনূ নীংশীং খূদম কবিসূ
নিজগে পুন্সিসে লোইখিনবা।

ইম্ফাল, সেপ্তেম্বর ১৭, ১৯৮২

# থম্মোয় মচেৎ তারফাও'

থম্মোয মচেৎ তাবফাও
লীখিগদবা ৱাবীসে
মীৎল্ ঈবা চেল্লগা
ঐগী অপেনবা ওইজবি।

হিংবগী মহয কবিনো
থম্মোয পেনবা নত্তবা?
ৱাবী নীংশীং কপচবা
ওইবি মসিনা পেঞ্জবা
কবি খল্লি কনানা
ঐ কবিসু চিংনদে।

ঐগী পুন্সি হিদেন্দি
লমদম তাম্না লৈহৌবে
হন্না যেংগে খল্লুবা
পিবাংনা মযেক শেংদরে
ৱাজবত থংলিবা
ঐ কবিসু নাচুংদে।

ইম্ফাল, মে ৫, ১৯৮২

# মাবুতদি তম্বিগনু

মাবুতদি তম্বিগনু
ঙসী ঐগী নাযতোম পুন্সি
মানা ৱাবীসে তাবক্লগা
মীৎলু পিবাং শীনখিগনি।

ঐনা নাযতোম লেল্লিবসে
নুংঙাইনা লেল্লি তম্বিবম্মু
অহীং নুংখিল খাযদ'মখৈ
কোযচৎ চৎলি অঙাওবগুম
মাগী নাকোং যৌহনবি'নু
মাগী পূক্লীং নুংশিখি'নি।

অরোঈবা কাযনবা মতম
যাইফবা ওইযু হাযনখি
হাযনখিবা শোযহন্নীংদে
মাসু নুংঙাইবি শোল্লকখি
ঐ চাকহৌবি তাবক্লগা
মানা লান্না লৌখিগনি।

ইম্ফাল, ফেব্রুৱারী ৭, ১৯৮৩

# ঐ অমুক হায়ররোই

ঐ অমুক হাযবরোই
নঙগী নাকোং যৌহল্লোই
মচেৎ অমা নোকচবি
পিবাং হেক হেক শিম্বিবি।

নোক্লা হিংবসু হিংবা
কপ্লা হিংবসু হিংবা
কবিবু লৈবি খেন্নবা
পুন্সিগী পুন্সি ঙাক্তনি
অসুম্না অসুম থল্লগে
অসুম্না অসুম হিংলগে।

হিংবদি হিংলি ঐনা
হিংবগী ইপোম যাওদনা
যেংবদি যেংলি ঐনা
কবিমত্তসু উদনা
অসিমত্তংদি হোংদবি
নঙগী নুংশিবা লৈহৌবি।

ইম্ফাল, এপ্রিল ১, ১৯৮৩

# শূপ্নগী অহীং অসিমতনি

থাবলগী অহীং অসিমত্তংদি
ওইহনবিবো নঙ ঐগীদমক
শূপ্নগী অহীং অসিমতনি
তূমীন্না যেংদূনা লৈজবী ঐনি।

ঙসীগী অহীংনা থম্বিবদ্বা
ইপোমসে লাংনা হিংজহৌগে
নুংশিগী মন্দিবদা থমজদূনা
থম্মোযদা লোন্না লাৎচহৌগে।

তাইবঙনা হাযনবা নুংশিবা
কবিবু লৈবি অহেনবা অমা
অসিনি লৈজবা ঐগীসু
কংথোক্লবী ঐনি নঙগীদমক।

ফেব্রুবারী ২৭, ১৯৮৩

# চৎখিনু অহীং ঙসীদি

চৎখিনু অহীং ঙসীদি
ঐগী মরুপ ওইবো লাউ
অমম্বা অহীং নহাক্লা
অনৌবা মৈচাক হাপ্লো লাউ।

মাগী রাবী লীবকউ
মীৎলুসি পিবাংনা শীলহল্লু
রাবীগী লংলা মাঙখ্রগা
ঐঙোন্দা অমুক হংলকউ
মযেক শেংনা হাযগে ঐ
মদুনা পোৎথাজগে ঐ।

ঈনুং ঙানবা পামজদবে
তাইবঙসে অমুক যেংনিংদবে
নঙগা অসুম ঈবোঈননা
পুন্সিসে অসুম লেল্লগে
লৈজবা পুম্বা থনস্লে
মঙোন্দা লোইনা পীবস্লে।

ইম্ফাল, নবেম্বর ২৪, ১৯৮৪
নুমিদাং পুং ১০

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবী বেবীবানি অমসুং বিনি

# নঙনা ঐবু নুংশি হায়রবনিনা

নঙনা ঐবু নুংশি হাযববনিনা
ঐদি নঙনা হাযবি'মখৈ থাজবে
নঙগী মীৎযেং লাংনা ফাববনিনা
ঐদি থৱায হকচাঙসে ঈতাউ তাউবে।

অতিযা মকোযদা ঙাল্লিবা থাজবু
থৃদোল ওইনা পীগেবু হাযববসু
থৱানিমচাক চবুন চবুনবু হেক্লুনা
মুক্তা পবেং শাবিগেবু হাযববসু
ৱাবৌবা অমত্ত লৈবৱোই ঐঙোন্দা
ঐদি নঙনা হাযবি'মখৈ যাজৱে।

অদূঙেগী থাযনগী লৈঙোঙ্গৈ লমগী
মজনুগুম্না ঙাওৱেবু হাযজীনগেবা
নঙসে মোইবাং কেগেগী খম্নগুম্না
মঙাও থীনা লিংজেল খাযবু হাযগেবা
নঙতবু নুংশিজকববনিনা
ঐদি নঙনা হাযবি'মখৈ থাজৱে।

ইম্ফাল, মার্চ, ১৯৮১

ইশে ওইনা লাম্নোকখিবী উমোনি দেবী

# ঐখোয়গী মৈরা চুখৎলসি

ঐখোযগী মৈবা চুখৎলসি
মৈবীগী মৈবী ৱাংহল্লসি
কাচিন কোযা যৌহল্লসি
অমম্বা মচেং থম্লগুমসি।

হুমাংলক্তা কৈথেল লূকমায
ফমজবী ঈমা-ঈন্দোনখোযগীনি
চীংগী লৌবাঙ, ৱাংলবা চীংমায
শূজবী ঈচল-ঈচেখোযগীনি
লৌবূক কুম্লিবা মখোযগীনি
তুংগী মীহৌরোল অঙাঙশিংগীনি।

ঈচল-ঈচে, ঈচীল-ঈনাও, অহল্লমন
চাদম শাদম ফহন্সি লাউ
মশা মউ ফবা ঈবমদম অমা
ওইহল্লসি নখোয ঐখোযনা
মদুগী মৈবানি ঙসী ঐখোযগী
থানগৎলসি মৈবাসে লাউ।

পামেল-লৈচীল, লৌবুক-লমহাং
পূক্লীং হূবা ঈবমদম্নি
চীংজাউ নাপোম তুরেল ঈথোঙ
লাইবৈবাক্কী ঈমা লৈবাক্লি।
ঈচীল ঈনাও ঐখোয থঙনসি
পূকচেল-খোযজেল ঐখোয তিন্নসি।

দিছেম্বর, ১৯৮৫

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবা আই, এম, এ (ইন্দিযান মেদিকেল এসোছিযেশন), মণিপুব স্তেত ব্রান্চকী দাক্তবশিং, ১৯৮৫গী চহী-মীফমগী শৈহৌ ঈশৈ

# নুংশিবা মশক খঙদবী

নুংশিবা মশক খঙদবী
মাগী মনাক্তা লৈরবোই
থম্মোয কনবী মাবু উবগা
পূক্নীং নুংশিবা হেন্জিল্লকই
চংলসি লাক্লো হে থম্মোয।

মানা উথিনি ঐগী পিবাং
মাগী নাপল যেংজনীংদে
মানা উদবা লমদমদা
কপ্পবসু কপ্পবগে
চংলসি লাক্লো হে থম্মোয।

ঐবু উবগা মাসু হৈনববোই
ঐনা চংখ্রগা পেজ্জহৌবনি
মীগী নুংঙাইবদা যেৎচনীংদে
অরাবা শকফমসু উহজ্জনীংদে
চংলসি লাক্লো হে থম্মোয।

ইম্ফাল, মার্চ ৩১, ১৯৮৭

# নঙগী চিতাদা মৈরায়রমদাই

নঙগী চিতাদা মৈরাযবমদাই
অকনবা নুংশিৎ অমা লাকখি
ঐগী মীৎলুদা পিবাংনা থনখি
নোংথক্তনা নোংজু অমা লাকখি।

নোংলিক মবক্তা যেংথৎলুই ঐনা
নঙনা চৎখিবা উবগুম ফাওখি
ঐবু কপ্লনু থেমজিল্লদুনা
নুংঙাইনা চৎলে হাযবগুম তাখি।

থরাযনা তাইবঙ থাদোকলমদাই
নোংজু নুংশিৎ অমা লাক্লবা
হাযনৈ কনানা অফবা থরাযনি
নঙগীসুনি অফবা থরাযনি।

ইম্ফাল এপ্রিল ২২, ১৯৮৮

# করিগীদমক্লো ঐ খঙদে

কবিবু কান্নৈ, কবিগীদমক্লো ঐ খঙদে
নঙবু নীংশীংবগী খুদমসে থন্নিংলুবগী
অসি খঙনা ঐনা চেৎনা লূনা থন্নীংলি।

কবিসু লৈত্রবা ঐগী নাক্তো লৈবগা
অবেম্বদা লেঙদনা তাদূনা লৈবগনি
কম্নানা উখুগা ঐবু অঙাওবনি হাযন নি
অদুম থন্নিংলি, লংথোক্লোই, থমখিনি।

অমত্তংদি লৈ ঐনা খঙজবা মবম অমা
পামজকবগীনি, খোযদাজকবগীনি
নঙগী থবোযমক্লি খঞ্জবা নঙগী খুদোলনি
নুংশিজকবনি মবম হাযববু অসিনি।

ইম্ফাল ফেব্রুৱারী ১৬, ১৯৮৮

# নঙসু তূমীন্না নোংমা কপ্পখিনি

নঙসু তূমীন্না নোংমা কপ্পখিনি
ঐবু শোযদনা নীংশীংলখিনি
যেনীংথা অযুক্তা, মেবাগী থাবলদা
হৌখিবা ৱাবী  নীংশীংলকপদা।

মীচীক মীবাউখোল তাখিদ্রবা নোংমা
ঈঙাগী নোংজু নুমিদাংৱাইবমদা
নঙ ঐ চংখিবা নোংজু মবক্তা
হাঙলবা লমহাং লম্বী মচাদা
নোংমা শোযদনা নীশীংলকখিনি।

নুংঙাইবা মঙলান, অৱাবা ৱাখল
অসিনি হাযবা ঐগীদি লৈবরোই
নোকসু নোক্লবোই কপসু কপলবোই
খল্লবনি ঐদি পুন্নমক লোইখ্রবনি
চিংনগনু ঐবু, নোংমা খঙলকখিনি।

ইম্ফাল, জুলাই ৭, ১৯৮৮

# নঙনা হায়রি ঐ ঙাওরে

ঐগী পুন্সি ঐগী রাখল
লংলা লংজিন নঙনা ওইরি।
নঙনা হাযবি ঐ ঙাওবে
ঙাওবদি অসুম হেজিললক্লি।

অথাম্পা লমদম চৎলূবগা
হল্লকপদা পূবক্লীংলি
নঙগীদমক নুংশি খুদোল
অসিবু অম্ভ্রওবা কৌবগেবা?

লম্বী লমজাও খোক্লবগা
নঙ লাকপবা কোযযেঙ যেংলুই
চৎকদবা মাযকৈ কাউকই
ঐবু অঙাওবনি হাযরগেবা?

ইম্ফাল, জুলায ৩০, ১৯৮৮

# নঙনা চৎখিবা তারবা

নঙনা চৎখিবা তারবা
ঐগী থম্মোযসু পুবিখো
থম্বিবল্লনু কবিমত্ত
লোইনমকপু পুবিখো।

শজীবৃগী অযুক ফজবা
ঈঙাগী নোংজু অকনবা
মেবাগী থাবল অমেঙবা
ঐগী লৈজবা পুবিখো।

শীনীংবা রাবী শীকরো
ঐ কবিসু চিংনদে
মীৎলুদা পিবাং শীলহৌবা
ঐ কবিসু নাচুংদে।

নঙনা চৎলরোই হাযববা
নঙবু মন্দিবদা লাৎচগে
লৈকোলগী লৈবাং কৎচগে
নঙবু পূজা তৌজগে।

ইম্ফাল, জুলাই ১৬, ১৯৮৮

# ঐ মাঙখ্রগনি, ঐ তুমখ্রগনি

ঐ মাঙখ্রগনি, ঐ তুমখ্রগনি
খঙ্গরগত ঐনা নুংঙাইজরি
ঐনা লেল্লিবা পুন্সি মরেল
তাইবঙদা ঐ কুইববোই খঙজে।

মসি 'পুম্বসে নঙনা থোকহনবনি
নঙগী নবাল খঙজরোই নঙদি
নঙগী নাকোংদি যৌহল্লক্রোই
ঐগী ইবালনি হাযখ্রবদুনি।

মতম অমদি নঙগী ৱাখলদা
নুংঙাইববা মঙলানগী তাইবঙতনি
খোঙথাঙ শোযনখি খজিক্তদা
হৌজিক্লা ঙাইরি ঐ শিবা লোইবা

ঈম্ফাল, মার্চ ২৪, ১৯৮৯

# লেম্পা লৈতনা খোংলিবা চেক্লা

ঈঙা থাগী থাবল অহীংদা
লেম্পা লৈতনা খোংলিবা চেক্লা
ঐস্ নঙগুম্না মাবু কৌজনীংই
ঐবু তম্বিযু কবন্না কৌবিবা।

ঐগীস্ লৈখিবনি কনাগুম্বী অমা
নুংশি নুংশিনা তান্নখবী অমা
নঙগী নখোঙ্গেল নশক লৌদুনা
ঐস্ কৌজগে নুংশিবী মাবু।

মাগী পোইবৈদা পাইদুনা চৎলুনে
নঙবু মানস্ পামজখিবনি
নঙগী নুংশিবা খোঙ্গেল তাবদা
মাসু শোযদনা খোযবাঙলমগনি।

ইম্ফাল, জুন ১৭, ১৯৮৯

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবা শগোলশেম টিকেন্দ্র সিংহ (থা অসিগী ঈশৈ)

# ঐনা করি শোয়খিবনো

নঙনা কবি খনখিবনো
ঐনা কবি শোযখিবনো
হন্না যেংলমদ নঙনা চৎখি
মীৎকী পিনা ঐগী ওইখি।

নিংথম থাবল অহীংদা
ঈংলবা লীক্লা তাবকপদা
লমজাও লম্বীদা ইদোম চৎলি
হাঙলবা লমহাঙদা তুমিন ফম্লি
নীংশীংবনা নুংঙাইবা ওইবি
চৈনা খাঙবনা পেঞ্জবা ওইবি।

যেনীং হুন্দ্রবা ঐগী ব্লাখল
অমূবা ফীজঙনা খঞ্জিনখবে
নঙনা লাঙতক্লা যেংলমখিবা
কবি নপাউনো খঙহৌদবে
ঐগীনি খন্না নুংশিকবা
তামখ্রবী লম্লানবী ওইখবে।

ইম্ফাল দিছেম্বর ২৩, ১৯৮৮
নোংযাই মতুং পুং অনী

# অহীংগী নোংজুদা চোৎনা চোৎনা

অহীংগী নোংজুদা চোৎনা চোৎনা
নঙগী থোংজিন্দা যৌবক্লে ঐ
তাইবঙ মীনোকসু চিংনদনা
নঙগী ননাক্তা লেপ্লবে ঐ।

নঙবু কপহল্লে ঙসীসু অমুক
পিবাং শিঙ্গরে নঙগী মীৎলূদা
অৱাবনা থল্লে নঙগী শক্তমদো
ঐ অমুক হল্লগে ৱাখল থোক্তবে।

নুংশিবগী মহাও লৈহীগুম্বনি
অপঙবা কন্নানা হাযবল্লিবনো
নঙগী ঐগীদি থল্লবা হূনি
কবিগী হঞ্জিন হঞ্জিন থক্লীংহনবনো?

ইম্ফাল, জুলায ২৭ ১৯৮৮

# শৃক্লা মল্লবা অহীংসিদা

শৃক্লা মল্লবা অহীংসিদা
ফৃঈনা চুবিবা নোংজুসিদা
ঐ নঙবু নীংশীংলক্লি
মীৎলূদা পিবাং শিম্ববক্লি।

নঙগী ঐগী হৌখ্রবা পুন্সি
মচু কযাগী অযূক নুংথিল
থাবল ফববা অহীং কযা
ঙসী নোংজুনা নীংশীংহল্লি
মীৎলূদা পিবাং শিম্ববক্লি।

নঙনা চৎখিবা নুমিত্তুদি
অমম্বা অহীংসু নৎখিদে
ভাল্লবা থাউমৈ মঙালদনি
ঙসী নোংজুনা নীংশীংহল্লি
মীৎলূদা পিবাং শিম্ববক্লি।

ইম্ফাল, দিছেম্বর ২৩, ১৯৮৮
নোংযায মতূং পুং ১-৩০

# নোংজুগী অহীংসিদা অমম্বা লৈরকসিদা

নোংজুগী অহীংসিদা অমম্বা লৈবকসিদা
অসুম চৎলি ঐনা পল্লেপফম খঙদনা
হকচাঙসিসু চোৎলে, থম্মোযনুংসু চোৎলে
কবিগীনো খঙদে পেঞ্জবিবা ঐনা।

হকচাঙনা চোকথবগা থম্মোযনা শোক্লগা
ঐ কবি চিংনদ্রে থোইনা হেন্না পেঞ্জবি
নীংঙাযদবী নঙদি কবিবু খঙলুগনি
নুংঙাইবা মঙলান্দা তুমখুন হুল্লবিনি।

নঙগী খবায থোঙ্গাল লৈবক চিদাই অসিদা
ঙাইহাক অমুক লেপ্পুবি, ঋাখল অমা খল্লুবি
থম্মোযনুংদা ঙংলিবা মবোল থোক্ত ঈশৈসে
নঙগীনি শক্লিবা পুক্নীং নুংশি নুংশিনা।

ইম্ফাল জুন ২১ ১৯৯১

# অসিবু নঙননি হায়য়ুরা

ইঙেল নোংজু লোইবকপা
থব্রান ওমচাক লাক্লগা
ঐনা নাযতোম কপ্লিবা
অসিবু নঙননি হাযযুবা
নোংদম্বননি খল্লুবা?

পৃথ্বী মপাল শিঙ্গাবে
ঈঙৌ ভৌনা শাৎলবে
নঙনা পামজখিবা নত্তবা?
শিঙ্গাবে মখোঙ লেপ্লি ঐ
থম্মোয পেন্না যেংলবো
কৈদনো নঙবু চান্নবা?

অদুঙৈ থব্রানগী ওলাঙদা
শূমাঙ লৈহাউ মখোঙদা
খোযশাওনববা মীৎলূদা
পিবাংগী ঈহৌ লাকখিবা
ঐভোন্দা মূন্না যেংখিবা
পিবাংগী মবোল খঙহৌদ্রে

ইম্ফাল, জুলায ১৮ ১৯৯১

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবা ওল ইন্দিয়া বেদিও ইম্ফালগী থা অসিগী ঈশৈ

# মম্লবা অহীংদা ঐ লাকখিবনি

মম্লবা অহীংদা ঐ লাকখিবনি
নঙগী মহৌশাগী মফমদুদা
খোযশাওননা অমুক হল্লকখি
নঙগা উনবা ফংদ্রবদা।

নঙগী অবোঈবা হাযখ্রবনিনা
কান্নববোই হাযবা খঙলবনি
ঐগী অবোঈবা অমুক হাযনীংলকখি
উনববসু খোযশাওননি
খঙনা খঙনা কবিগী ঐনা
নঙবু অমুক উননীংখিবা?

কাযনবগী নুমিৎ নঙ ঐগী
কবিগী নঙনা ঙাইঙমখিদে
নঙসু শোযদনা খঙলমগনি
নোংমা ননাক্তা লাকখিগনি
ব্রাহৈ খবদি হাযবখিগনি
অসি খঙনা ঙাইবমখিদবা?

ইম্ফাল জুলায ২১ ১৯৯১

# করি পাউনো ঐবু অমুক তাহল্লিবা

কবি পাউনো ঐবু অমুক তাহল্লিবা
ঐদি পামজববনি নঙবু কাউবা
কবি নঙনা অমুক মৈরাযবক্লিবা
ঐত নম্রববা নঙসু ঙাওবববা?

হৌজিকমকসু ঐদি নঙগী ওইজনীংলি
অসি হেনবা কবি অমুক পাল্লিবা
নঙদি ঐগী ওইবা ঙমজদ্রবীনি
কবম্না পেন্দবা অমুক লৈবক্লবা?

ঈংনা তপ্না হিংবা যাবা পুন্সিসিদা
কবিগীনো তিংথংলক্তা হিংনিংলিবা
ইবাললি ঐহাক্কী, ঐনা লজেখিবা
মাঙজখিবা কবি শিংলকউ হাযজদে।

দিছেম্বব ৮, ১৯৮৯

# নোংজুগী অহীং খূদীংগী

নোংজুগী অহীং খূদীংগী
কবিগী নঙনা কপ্লিবা?
কবম্বা থাযনগী ৱাবীনো
থম্মোযদা তুমীন্না লোৎলিবা।

নঙগী মাযথোঙনা উৎলবি
মীৎলগী পিবাংনা লীববি
হৌখিবা পুন্সিগী চেনাদা
নোংজুগী অহীং অমদা
অচেৎপা ৱাবি লৈখিবা।

খৌবাংবা কোকহনবা লাইজনি
নোঙৌবী চেক্লানা কৌজবা
হৈবাং লৈবাং খীবীক্লা
কুইনা ঙাইজবা নোংজুবু
ৱাবৌবা কবি থম্লিবা?

জুলায ৪, ১৯৮২

# মসিগী নূপীসে মগূণ লৈবনে

মসিগী নূপীসে মগূন লৈবনে
মাগী মীৎয়েং লাকযেং বাশী লৈবনে
ঐগী নুংশিবীনে, মশক অসে ফজবনে।

মানা গপ গপ শোবোক চৎপদা
শামান ইমান্নবা ঙাওজবা কযানি
মানা মীৎচী মোমোন নোকশীল্লবা
চহী লেঙ্গা মযাম শিনবা ঙাক্তনি
যেংবদা পেনবনে ঐগী নুংশিবীনে।

শুমহৎপী মাগী পঙজবী অমা লৈ
ফজৈ হাযবগা মানা যাম্না পোঙজৈ
ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ককঙাওনবদা
মাগী থম্মোযনা যাম্নমক পৌজৈ
খঙবদি ঐ খঙই, মানা ঐবু নুংশি

সেপতেম্বর ২৩, ১৯৯১

# খাইন' মৈশা লাংবদগীরা

তাইবঙ পূম্বা তুমখূন হুনখরে
কবিনো ঐনা তূম্বা যাদ্রিবা?
ইঙেল থরান মৈশাদগীবা
খাইন' মৈশা লাংবদগীবা?

থবো থম্বাল থবিকথা নখোযদি
শাৎলি ঈযাযদা হাইনা হুন্না
মাদি রাখলদা ঙাওহৌববনি
নখোযনা মাবু থেমজিনবিযূকো।

তাবমদাই থাজ নঙসূ উবিনি
নুংশিবী মানা কবন্না লেল্লিবা
পাউদম্বিযূ অমূক্ত ঐঙোন্দা
মাবু হীক্লা হীক্লা কপ্লিববা?

জুলায ১৭, ১৯৯১

# মীনা কয়া ঙাঙনৈ নঙগী মরমদা

মীনা কযা ঙাঙনৈ নঙগী মবমদা
মিহৌবদগীনি খল্লুই ঐনা
ঙসী ঈমীৎসিনা উববসিদদি
ঐ লৈখা তাবে ঈশানা খঙজবে।

অনৌবী মানবী নশক মতাদুগা
নঙগী থম্মোযদি নুংগী পাংখক্লি
নাপল চাউবীবা খম্মন চাউবীবা
মালেম পৃম্বা নঙগী ওইনিংবগীবা?

নুংশিবা নঙসিসু ওম্মোকপনিকো
কবি ওইবিদৌনো নঙগী অপাম্বা
অকল অথৌ পাম্বা ওইবিবজাৎলা
ঈখৃত্তা পাযনীংলকই থৌববা থাংশাং

জুলায ৩, ১৯৯০

# নুংশিববু মীরায়বী

নুংশিববু মীবাযবী কপলববা
নুংঙাইবিনি খল্লুবা ওইদ্রববা
কুইবক্রে নঙবু উকদবা
নোংদম্খনা কবিবু তম্লববা?

নোংমা উখি শোবোক লমজাওথক
মকা লাম্বা মীনোক নোক্লদুনা
লম্মুক্লনি খলহৌদ্রে অপঙবা ঐ
খোযশাওনখি ঐগী থম্মোযসিনা
নোক্কেবু যাওনা নোকখিদববা?

ঙসী তাবক্রি পাউনিলখোল অমা
নঙগী মীৎলৃদা পিবাংনা চোংহৌই
কবি লানফম অমা মাযথীববা
পাঙজদবা ঐফাও নোক্লবদা
থৌনা ফবী নঙনা কপলববা?

সেপ্তেম্বর ৭, ১৯৯২

# চৎলোকো ঙসী অরোঙ্গবা চহী

চৎলোকো ঙসী অবোঙ্গবা চহী
কৈদস্ কাউরোই নঙবু ঐনা
মাগী ঐগী নুংশি বাবী
লোইশিলহনখিবা নঙনা লোইবদা।

নীংশীংখিগনি নোংজা কযা
মদুত্না ঐগী হিংবা ওইহৌগে
অকাও পবৈনা চনখিবদা
কবন্না ঐনা হিংহৌগনি?

নীংশীংলগা মৈচাক হেল্লগা
থম্মোয মহাকস্ বাজসন্
পেল্লবনি মাদি বাজবগা
পিবাংগী বাবী চেম্বখিসন্।

জানুবাবী ১, ১৯৯৪

# তৈথোক্লো মীৎলূগী পিরাংদো

তৈথোক্লো মীৎলূগী পিবাংদো
নঙনা কম্পসে পকচদে
থল্লুনু কবিসু ঐগীদি
মালঙ ফৌবোইদা হিংখিগে।

নোক্কনবী নহৌশা নতৌদো
কবম্বা মৈশানো লাংলিবা?
কপ্লোই হাযখিবা নত্তবা
ঙসীদি কবিগী কপ্লিবা?

নঙগীদি ঙসীত হৌবক্লি
কূইবক্লে ঐদি পিরোইনবা
ঙসীগী নূমিৎসে থেংননবা
কইবক্লে ঐদি শেম-শাবকপা

মে ১৫, ১৯৯৪

# শাউনীং শাউনীং নঙনা লৈরম্বা

শাউনীং শাউনীং নঙনা লৈবম্বা
নোক্লীং নোক্লীং অমূক তৌবকপা
খঙহৌদনা নদোম নোক্লকপা
মদুনি ঐনা নুংশিজবিবা।

ফজবদা লময়ৌবী নঙনা
হেন্না ফজগে খল্লুবগীবা
নুংশি লৈহীনা থল্লবী নঙনা
তাইবঙ শুন্নগে নীংলূবগীবা
কবি অমূক ফজনীংলিবা
কবি হেন্না নুংশিহন্নীংবা?

নঙনা হাযরি নুংশিবা কিজে
ঐনা হাযবি কিজবা যাবোই
নঙনা কৈদা লোৎপা যাগনি
মীনোক্নুদা নুংশিবা যাওবি
অদুনি ঐনা খোযদাজবিবা
কবি চিংনদ' ঈঙাও ভাওজবিবা।

মে, ১৯৮৮

# থম্মোয় মচেৎনা থম্মোয়দগী

থম্মোয মচেৎনা থম্মোযদগী
থাজ মনাক্তা পাইনিংলকপা
মীৎকুপ্তুগী থম্মোয ইহল
মদুনি ইপোম নুংশিবগী।

লৈচীল নোংফাইনা খঙ্গিল্লবা
চীংজাউ নাপোম মকমদগী
থাজ মঙাল হন্দোক্লকপা
নশাবীনা মাঙদা লেপ
নুংশিবা লাক্রে ফাওদববা
হঙঙু নঙগী থম্মোযনুংদা।

নুঙ্গাযলক্কী ইবৈনুংদা
চেল্লিবা ঈচেল নমহত্তুনা
হিনাউ তোংদুনা শান্নকবা
ঙাইহাক তুজুং নুংঙাইকবা
অশেংবা নত্তে ঈথক ইপোম
নুংশিবগীদি লোইনাইদবনি।

আগস্ত ২৩, ২০০০

# ফজমনবনা ফজবী কৌনিংখিবী

ফজমনবনা ফজবী কৌনীংখিবী
নঙবু নীংশীং নীংশীং লেলহৌখিগে
নুংশিমনবনা নুংশিবী ওইখিবী
নঙবু নুংশি নুংশি শোলহৌখিগে।

নুংশিবগী মহাও খঙলুবমাক্লে
পুন্সি মহয যাক্লে খঙহৌবগে
নুংশিবনা করি অমা ওইবিবা
কাযনবনা কৈন্দা অমুক পুবিবা
পুন্সিগী পুন্সিনি, কবিসু চিংনদে ।

নঙদি অৱাংবা শাগৈগী নীংঙোলনি
নঙঙোন্দা কবিবু অমুক হাযকনি
মীৎচীনা যেংলকপা মীৎয়েং অদুনি
তত্তনা নোক্লিবা শুমহৎ মীনোক্তুনি
নুংশিবীবুদি নুংশিবী কৌজগে।

আগস্ত ২৩, ২০০০

# য়েনীংথাগী মালঙ অঙাওবী

যেনীংথাগী মালঙ অঙাওবী
নঙবু কবি মত্তৌ কৌবনো
ঐগী মীচঙ ওইনি খল্লুবা
কবিগী ঐবু ঈকাযহনবনো?

পাখৎচাউবী ঐগী অহানবা
ঙসী মাগা উনবা নুমিৎ
নঙনা শম্লাঙ চাইখাইবিখি
ঐবু অঙাওবী মালহনবিখি
মাদি যেংবদা ঈফদ ফজখি
ৱাঙাঙ শাঙাংসু ঈপক্ত পকচখি।

মোং হাদ' চৎচবী ঐবু
মানা কবি খল্লমগনি
নুংওনবা নঙসু হাকমনখরে
থম্মোযদা মবোল লোনমনখরে
যেংডু থূদীং ঈনুংত নুংশি
থৱায হকচাঙ ঈতাউ তাউৱে।

সেপ্তম্বর ১১, ২০০০

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবী সুনিতা নেপ্রম

# থম্মোয়গী পাউদম হায়রোগবা

থম্মোযগী পাউদম হাযবোগবা
কম্পবু ওইবে কপচবগে
অহীং নুংথিল খঙলক্তবে
তৃম্না চাবা চঙলক্তবে।

যেংলকপা নঙগী মীৎযেঙদুনা
পৃক্লীংদা ঈথক হৌহল্লি
মিহৌবা লাংবু থাক্লিববা
অবোনবা পাউবু পীবিববা
থল্লুবা ঐসে লৈতাদবে
পৃক্লীংসে ঐগী লাঙতক্লবে।

ননাকতা লাকসি ঈকাযজেনে
নকশীল্লুবদি মীৎযেঙদনি
থম্মোযগী পাউনি পামজবিবা
চীরোল লৈথোল হৈনজদে
নুংশিবা নঙসু উমন্দবে
মীগী পৃক্লীং খঙমন্দবে।

দিক্রুগড়, সেপ্তেম্বব ১৫, ২০০০

# নঙগী থম্মোয়দসু লৈরমগনি

নঙগী থম্মোযদসূ লৈবমগনি
শেংলবা কাচিন অমা লোৎলমগনি
থম্বিযূ মফম অদো ঐগীদমক
শেম্বীযূ লৈকোল অমা ঐগীদমক।

অযূক্কী কোরৌ মশেক ঙাল্লকপা
লৈচীল নোংফাই মফোল পাবকপা
থম্মোয লৈকোল মযেক শেংলকপা
কৌবিবকউ ঐবূ মতমদূদা
কৌজবক্কে ঐসূ নুংশি নঙবূ
অসিবূ নত্তবা চান্নকবা?

নিংথৌগী ফীগে শেৎলদুনা
ঐবূ কৌবা ঈশৈ শরুদুনা
মেবা থাবল ইপোম মবক্তা
নঙনা লাকখিবা ঐগী ঈনাক্তা
কোযপাই পাইনিংলকখি ঈবানি
অসিবূ নত্তবা নুংশিকবা?

সেপ্তেম্বব ২৯,২০০০

ঈশৈ ওইনা লাম্লোকখিবী সোনালি

# নুংশিবদবু হায়জবরা

নুংশিবদবু হাযজববা
থাজবগবু চিংনববা
নুংশিবগবু কবিগীনো
অসুক যাম্না হংলক্লিবা?

খঙনীংলগদি তুমিন্না হংলকউ
মীগী মমাঙদা পঙলাঙ লাঙগনু
ঐগীদি হাযফম থোকপা হাযখরে
ওইনজবসু হৈনজদে ঐ।

ওইদবা কযা অমা থোকচসনু
মীহাৎ মীপূনসু লাকচসনু
নুংশিবদি মৃৎপা নাইরোই
থম্মোয শেংবা মাঙখিবোই।

আগস্ত ২৫, ২০০০

# মীথয়েঙনদি মালহক্লে

নঙগী মীৎয়েঙনদি মালহক্লে
নঙগী চীনবান্নসু ফোংলক্লে
ঐবু নুংশিবা শোযদ্রববা
থাঙ্গৈশেংববু ওইবববা?

থম্মোযনদি পেল্লদবি
পংথৈ অমবু পামজকবি
কৈদনো ঐনা থাজবিবা
পাউখুম লৈতে থুমগদবা
লৈতাফম খঙদে, হাযফম খঙদে
নুংশিকরে ঐ কৈনো খঙদে।

নুংশিজবা নঙগী ব্রাবীবু
হাযদোক্লীংবনা ঙাওবিসিবু
কনাদনো তল্লুগদবা?
তাজহৌবসনু কনা তানীংবা
ঐদি নঙবু নুংশিববনি
থম্মোযদা চেৎনা থমজববনি।

নবেম্বর ২ ২০০০

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবী আর কে, নন্দেশ্বরী দেবী

# ঙসীদি নঙ লাকউ ঈনাক্তা

ঙসীদি নঙ লাকউ ঈনাক্তা
থম্মোযসে নুংশিবনা পাখবে
তাঙলবা মীৎকুপসে মাঙদ্রিঙে
হাযনীংবা লোইনবু হাযবগে।

নুংশিববু খাম্লুবা যাবরোই
ৱাংলবা ঈশীং চাইবী ওনখবে
তাবকপা লাইজ ঈচাও মপাক্লা
চোৎহঞ্জনীংলে ঈশা 'পূম্বা।

তক্তনা চিংনবম্বা ৱাখল পবেং
কৈদনো ঙম্লমক মাঙখরে
পূক্লীংনা লৈচীল মপৈ মপৈগুম
কোযপায পাইদ্না শান্ননীংলে।

আগস্ত ৩, ২০০১

# ঈমানা ঙাইরি থোঙ্গালদা লেপ্তুনা

ঈমানা ঙাইবি থোঙ্গালদা লেপ্তুনা
লাকপবা যেংলি মীংযেঙগী পোইবৈদা
নোংমগী চবা লাওলিবা থৃদীং
নীংশীংলি নঙবু, শিঘ্নরি পিবাং।

কবম্না লেল্লিবা নঙনা উমংদা
অহীংদা তীল-কাঙ থাঙবা ঙম্নবা
কবম্না তৃল্লিবা ঈমানা ব্বাজৈ
লমহাং তুহাংদা তুমশীং ফাবরা?

করিগী পুন্সিবু অদুক শাউবনো
নঙগী থনবদা ঈমাদি নুংহিক্লরে
কবম্না শিম্না পাঙলমগে থনবনো
নঙবু থিবদা ঈমুংসে ব্বাবে।

তেল্লবা পুন্সিনি তাইবঙ মীওইবা
ব্বাববসু ব্বানা হিংমিন্নসি লাউ
নীংবা থুংদবা অইবঙ হৌনশানি
অফংবা থবা চামীন্নসি লাউ।

সপ্তেম্বর ৯, ২০০১

# নুংশিনরিবসে থম্মোয় অনীনি

নুশিনবিবসে থম্মোয অনীনি
পাউস্ মবক মরক ফাওদোক্লসি
তৃমীন লৈনবগা পাখৎচৈ ঐদি
নুংশি মপাউ থবা ফোংদোক্লসি।

মথক ফুবীৎ কুদাম থাদোক্লনা
ফীগা মোজা ফুবীৎ উহল্লিবা
নশম মযায খাযবা নতৌ অদুগা
দ্রগ চাবা মীওঈ হেক্তা মাল্লকই
পামজদবশিংসে তোকপীবোগবা।

তত্তন হোংই খঙই মতম খোঙলৈ
নুংশিনবগীসু মবোল অমনি
ঐদি হৈনজদে ফেঈশনগী ঈবাঙ
নুপা ওইববদি চীংলেম্বা পামজৈ
পূকচেল ঈশেং শেংনা নুংশিনসিবা।

সেপ্তেম্বর ৪, ২০০১

# করিনো থম্মোয় নঙনা

কবিনো থম্মোয নঙনা অঙাওবী ওল্লক্লিবা
মপাউস্ খঙদ্রিঙৈদা কবি মখে লাংলিবা
নুংশিবা ওইবিদবা ঈবাঙবু ওইবিদবা
কবিস্ খঙদ্রিঙৈদা হবাওবা শাবক্লিবা।

অহানবা উনবগী মাগী মীৎযেঙদুনা
ঐবুস্ শুমহৎখি থম্মোযস্ ঙাওহনখি
পাঙ্গলস্ লৈবক্তবে পৃক্লীংস্ শোম্বহল্লে
নোঙ্গবা তাবববা শকখঙদ' মঙোন্দা?

লোত্তুনা থমগদবা ঐগী ৱাবীসিবু
কবিগী লীনীংলিবা লৈতাফম খঙদনা
খাঙবদা ৱাবক্লে তুমীন্না লৈশিনবসে
উনবা থৃদীংগী মাগী মপাউ হংনিংলি।

ইমান্নবী থৃদীং ৱাবী লোইনা তন্নিংলি
লৈকাযগী ঈচে-ঈনে ঙল্লমক্তা হংনিংলি
চীংদোন্দা কাখত্তুনা লমহাংদা চেম্নোক্তুনা
মাবু নুংশি, মাবু নুংশি মাবু নুংশি শক্লীংলি।

ওক্তোবব ৩, ২০০১

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবী আব, কে, নন্দেশ্বৰী দেবী

# য়েংঙু চঙলক্লি'সে কেদুনা নৌদুনা

য়েংঙু চঙলক্লি'সে কেদুনা নৌদুনা
য়েংবদা মহাকসে ফজদ্রা নুংঙাইত্রা?
ঐনা অসুক হরাওজবা অসে
মানদি খঙবীবোই নোংমন্তু অমুক্ত।

মীনা হাযনে মাসে যাম্না পোঙজবনি
ঐনা থক্লে মাদি যাম্না চমজবনি
কনাদা করিদা ৱারী কযা শাদে
নক্লরুরগদি ৱারী নুংঙাইবনি
নকশীন্নবগদি যাম্না নুংশিবনি।

তুমিন্ন: লৈজবী মঙোন্দা হৌরন্নু
শাউরক্লগদি মী শীথবা হৈবনি
মোনশাউবী মাগীসু লৈথোন অমা যাওরি
মদুদনি ঐনা মঙোন্দা ঙাওজবা
মদুদনি ঐনা মাবু নুংশিবিবা।

নুংশিবা যাওরিবা থম্মোযনা শোযবরা
অইবঙগী লোনচংপু হৈতবা যাবরা
মীনা মাবু কযা যানদ্রিবা অসে
থেমদুনা নৌদুনা ঐনা ফহনগনি
ঐনা অম্বিবদা হৈতবা লৈবরা?

শিল্লোং, ওক্তোবর ২৩, ২০০১

# নঙঙোন্দা হায়নীংবা রাহৈশিংদো

নঙঙোন্দা হাযনীংবা রাহৈশিংদো
ঙসীদি ইদূনা পূবক্লবনি
থম্মোযগী অশেংবা মপাউ অসে
নাঙনদি নোক্লীংই হাযবক্কনি।

নশম্নে, নমীৎনে উকবদা
নশক্তো যম্জমনথিবনা
হাযনীংবা কযাদো হেক্তো কাউথি
ঙসীদি হাযবগে থম্মোয পেন্না
ঈনাক্তা চঙলকউ তান্নো তূমীন্না।

যম্জবা, পামজবা, নুংশিবা থূদীং
নঙগী মীচঙ লোইনা ওইশিনখরে
নোংমদি ঐহাকপু থনল্লগা
চৎখিদরা থনবদা লৈতাহন্দে
থম্মোযসে পাঙদবা হেক ওইহল্লি।

ফেব্রুবারী ৮, ২০০২

# করি ওইরি নঙগী ঐগী নুংশিবনা

কবি ওইবি নঙগী ঐগী নুংশিবনা
খঙনীংলগদি হংঙু মালঙবদা
নঙদি ঙসীফাওবা কবিসু খঙদ্রিমাল্লে
নুমিত্তসু হংঙু, থাজদসু হংঙু।

নোকমি নোকমিবা নঙগী নতৌদুসু
পেন্না যেংহৌবনি লৈবাংশিংনা
নঙগী থম্মোয পূক্লীং ৱাখল 'পূম্না
মখোয খঙলমগনি, নুং পান উবমগনি
থাজদ্রগা হংঙু, লোইনমক্তা হংঙু।

নঙবু ঐনা নোংমা ৱানা ঙাইখিবদো
লম্বী চিদাইসিদা লৈকোল মযাসিদা
নঙনা লাক্রুবদা ঐনা খোযশাওনখিবা
মখোয উহৌবনি, যেংদুনা লৈহৌবনি
থাজদ্রগা হংঙু লোইনমক্তা হংঙু।

মার্চ ৮, ২০০২

# লোৎপা ঙমখিদে নঙগী মীৎয়েংনা

লোৎপা ঙমখিদে নঙগী মীৎযেংনা
মীযাম মবক্তা নঙ ঐ উনবদা
কবিগী নাথৈবিবা নঙগী মীৎচীনা
মহৌশাগী মিঙ্গৌ কৌবক্লব্রোইদবদা?

ঙসীসু ঐগী তাইবঙ মঙলানসে
নঙগী ৱাখলদা লূপচবিবনি
হাযবক্লবোই অমুক নঙবু নুংশি হাযনা
পল্লক্লবোই ৱাহৈ নঙনা পামজদবা
লম্বীদা থেংনবগা খঙজীন্নদ' চৎখিবা
কবিগী কিবিবা খঞ্জিনখ্রবা ৱাবীদা?

ঐবু কবিগী লম্লানবা ওইহল্লিবা
ইথন্ত ৱাবৌবকই, পুক্নীং নুংশিবকই
ঐবু উশিন্নদ' নঙনা চৎখ্রবসু
নঙগী মীৎযেঙগী মমিদা তাখি
হৌজিকসু নঙনা নীংশীংল্লি হাযবা
হৌখিবা ৱাবী অমুক নৌহৌননা।

মে ২, ২০০২

# হে থম্মোয়, ৱারবা থম্মোয়

হে থম্মোয, ৱারবা থম্মোয
ৱাবীদো তনীংদ্রে লীরনু
পূর্ণিমা অহীং খৃদীংগী
হঙ্গিন হঙ্গিন্না কপ্লনু।

ঐ খঙই, পুন্সিগী ৱারীনি
কাউথিনি খনবদা পান্মুবা
কুইরক্লে লোইনমক তামখরে
অবা ৱারে নওগী ৱাকং
হৌখিবা ৱাবীদো লীরনু
হঙ্গিন হঙ্গিন্না ৱারৌরুবনু।

নোংইন চেক্লানা পামজবা
থাবলগী মেঙলবা ইপোম্নি
হৈনম লৈনম্না চেল্লবা
তাইবঙনা ঙাইনবা থাবলনি
মেরাগী পূর্ণিমা থাবলদা
হঙ্গিন হঙ্গিন্না ৱারৌরুরনু।

নবেম্বর ২০, ১৯৮৩

# থাজ নঙ ঙসীদি মীৎয়েঙ অমা তৌই

থাজ নঙ ঙসীদি মীৎযেঙ অমা তৌই
ঐবু যান্না লক্লনীংবা মানবা অমা যাওই
কবি ব্রানো হংনিংবা হংঙুদনা তাগে
নুংশি মাগী ব্রাবী লোইনমকপু তমগে।

ঐনা ঙসাই মাগা উনবা মতমদা
নঙদি নশক লোৎনা লৈকৃবা নত্তবা
হৌজিক্লা কবি নঙনা অখঙবা শাবিবা
নতৌদুদা তন্নীংদ্রে তন্নীংলম্বা কযা।

পৃথ্বী মযাযদা লাকউদনা ঈবোঈমিন্নসি
থব্রানমিচাকশিংসু কৌদুনা পুবকউ
ঈশীং মনুং লৃপ্পগা পোৎথাগনি থল্লক্রে
নংশি মাগী ব্রাখলদা লৈতাফম খঙদবে।

জুন ১১, ২০০২

ঈশৈ ওইনা লাম্নোকখিবীশিং আব কে, নন্দেশ্বরী দেবী অমসুং পুখ্রম্বম বিতা

# নঙনদি কৈদগী খঙলুরগনি

নঙনদি কৈদগী খঙলুবগনি
ঐনা ঙসীফাও কবম্না হিংলিবা
নোংমা ঐ লীগে নঙগী নফমদা
নঙবৃত নীংশীংদুনা কবম্না লেনখিবা।

থম্মোযগী ওইবা ব্রাহৈ খবদং
যৌহনগে নীংখি নঙগী নফমদা
মাযথীবা ওইখি হোৎনবা খৃদীং
পিবাংনা শীনখি অহীং কযা
ঙসীদি ঈংহল্লো থম্মোযসে নঙনা।

ব্রাকৎপা হৈতবা ওইকবদগী
পাউজেল থাবসু চিংনখি ঐনা
হাযদোকপা ঙমদ্রি কুইরে মতমসে
পুন্সি মৈশা লাংনা হৌখবে অসুম্না
ঙসীদি ঈংহল্লো থম্মোযসে নঙনা।

মে ২০, ২০০২

# লৈতাদ্রবা নুংগী মতোন্দা ফল্লুবা

লৈতাদ্রবা নুংগী মতোন্দা ফল্লুবা
তাবক্ল'নি কিববোই, নুংশিবা
মাগী ঐগী ৱাবী লোইশিল্লদবা
খল্লুবদা চাক্লবোই. নুংশিবা।

মালঙ ইপোম ওলাঙ মৈশাদা
মীনোক্কী পিবাংগী ৱাবীনি
ওমচাকুবা থম্মোয অনীগী মবক্তা
কাউঙমদ্রবা মক হনখিবা ৱাবীনি
হৌজিকপু কবল্লা হিংখিনি খল্লুবা
হাইনা হল্লা খাঙলবোই, নুংশিবা।

চৎলমদাই মতম, মানা লৈহৌবা
খোযশাওনবা মাগী মীৎযেঙদা
উবা ঙমখি অৱাবা মমি অমা
ঐগীদমক মাসু ৱাখিদববা
মখা ৱাবী অমুক লৈবৱোইদবা
নুংশিববু অসুল্লা লোইববা?

এপ্রিল ১৯, ১৯৯৫

যোদ্ধ ছী সনসম, অঙাঙ ওইবিঙৈদগী অমসুং মহৈবোয অমা ওইবিঙৈদগী, ইবা, পাবা অমসুং ঈশৈ নোংমাইবু যাম্না পামজবকই। মবক মবক্তা কোল্লেজদা কবিদা রাবী মচা, রাবেঙ অমদি শৈবেং ইবদা মনা মথুম মচা মচা খবা খবা ফংজবক্কবসু সাহিত্যগী লুপ্পচিংবদদি হকথেঙননা মশামক হেক যাওবদি ঙমজবকখিদে, রাবক চেৎপা ঈমূংদা চাউবকপনিনা লাইবিক লাইশুদগী লম্যৈদা হাইদোক্তুনা চৎখিদৌবে হাযনা অহল্লম্ময়া শাউবক্কদ্রা খঞ্জদুনা কিনা চৎচবা মহৈবোয অমা ওইনা হৌবকই।

খৃ কুম ১৯৪৪ গী নবেম্বর ২০ দা সনসম কোল্লুপ, ওক্রম লৈকায, সিংজমৈদা পোকখি। এম বি বি এস গ্রেজুএশনগী মতুং জেনবেল হোস্পিতাল ইম্ফাল, তমেংলোং দিস্ত্রিক্তকী তামৈ প্রাইমারী হেলথ ছেন্তব অমসুং থৌবালগীদা থবক তৌবল্লবা মতুং কাইনথংদা ই এন তিদা পোস্ত গ্রেজুএশন দীগ্রী, এম এস লোইশিনখি। মশামক্তদি মেদিছিন্দা এম দি তৌবগা ফীজিছিযান ওইজনীংখিবনি, নীংবা শুংজখিদে। শিনফমগী ওইনা তম্নুবা খবসিনা যাবে খল্লদুনা, পীক্লিঙৈদগী থবাযনা পামজবকপা ইবগোমদা মায ওনশীনখি। ১৯৮০ দা মশানা ইজবা রাবী মচা খবা খোমজীল্লগা 'খানকগী কুন্দে পরেং' থোঙখি অমসুং ১৯৮১ দা 'অকনবা শাফগী ইবৈ' হাযনা থোনবা উপন্যাস অমা থোঙখি। [illegible] অনা-লাঙ্গযেঙগী অমদি বিমসকী ই এন তি দিপার্তমেন্ততা ওজা ওইকবগী [illegible] সাহিত্যবোমদা মায ওনশীনবা ঈঙম ঙম্লকখিদে। [illegible] ওইবা চেফোংশিং অমদি মেদিকেল লিতেরেচনদনা [illegible] খূমাঙ চাওশীন্না চঙশীল্লুবসু ঙম্মখি। মবক মবক্তা সাহিত্যগী চেফোং [illegible] খবা ইবদি তোকখিদে। চিল্লবসু চিং, মতম ঈশৈগী মরোক কযামাক্ত ওন ইন্দর, [illegible] লানখৎপা ঙমজখি অমসুং মিং লৈবরা শৈশকপা কযানা মতাঙ্কী [illegible] য়াহৌ থেঙলবসু থেঙনা সবকাবগী [illegible] সাহিত্যবোমদা অমুক মায ওনশান্নবা লাক্লনি।

অইবা অসি লূপ কযামুক্তা থরায যাওনা [illegible] ওইবস্না খবদা এসোছিএশন ওব [illegible] ইন্দিয়া [illegible] ঈস্তকীযু অমুক, ইন্দিযান মেদিকেল এসোছিযেশন মণিপুর ব্রাঞ্চকী প্রেসিদেন্ত [illegible] জর্নেলগী বেক্রী বোতবী ইন্তরনেশনেল দিস্ত্রিক্ত ৩২৪০ গী এসিস্তেন্ত গবর্নর [illegible] ইম্ফাল [illegible] ক্লবকী প্রেসিদেন্ত, বেদ ক্রোস সোছাইতী মণিপুর ব্রাঞ্চকী [illegible] মেদিকেল [illegible] চেযরমেন, এদিতব ওব দ জর্নেল খবা অসি পনবা যাই।

হৌজিক হৌজক অইবনা যাওজবিবা সাহিত্য অমসুং কলাগী লুপশিংদি - [illegible] এসোছিযেশন মাদ্রাজগী ফেল্লো, কলচরেল ফোবম মণিপুর ইম্ফালগী লাইফ মেম্বর, [illegible] বাইতর্স ফোবম গুরাহাতিগী লাইফ মেম্বর, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ মেঘালযগী পেত্রোন, এদবাইজর অমসুং লাইফ মেম্বর, অদুগা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি ইম্ফাল, জুতাঙ শিল্লোং, বাইতরস' ফোবম ইম্ফাল, মণিপুরী শোর্ত স্তোরী সোছাইতী ইন্দিযা, অপুনবা মণিপুরগী মতম ঈশৈ কনবা লপ ইম্ফাল অসিনচিংবা লুপশিংগী লাইফ মেম্বর ওইবি।